# পুন্সিগী লানফম

অইবা :—

শ্রীলাইময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা

থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং

ইম্ফাল।

স্বত্ব পুম্বা অইবগী ]

[ মমল লুপা ২'৫০

# নিংশিংজবা

'পুথিগী লায়কম' সাধারণ ধর্ম্মগী লেংবাং লাইরিকনি। মসিনা সংসারগী লায়কমদা তাছবা নৈরবা মীওইবগী সাধারণ ধর্ম্মদা, নিংশিংবা ওইনা হাইকেৎলংদং কাপবা পুরকনি থন্মুনা হৈজবনি। অশোয়-অয়ান, থাদৈ-পরেং, বনাম্মা চিংথরকপা য়াবা খোঙ্গোক তয়াখোক্লা তাক্পগনি।

চংজরিবা—

**লাইরিক ইবা**

১৯৬৯—৭০।

# কথোকচবা

ঐবু পোকপী পলেম! মপোকসিমগী শিংথমদবা

লম্মন ভোংনজহৌরবা নচাগী ইচম

চম্বা উপন্যাস মচা অসি

ইমাগী সেবা শক্লা

খুয'খাদা কচ্চরি। লম্মন

থোকপীনবা নিজদে। হেমছুম তোনশিনজগে

মপোক অমদম্ব নচা ওইনা পোকচহুনা মতম্বাক্তা যাতাজগে।

নচা

কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা

# পূম্নোগী লানফম

—:( 0 ): -

## ( ১ )

য়াকচিং থা লাকপা মতমনি। উ রা পূম্নমক্না মত গী তোঁত্থা পাঙ্গল তাকলি।

ভাগ্যসিং মমা লুপ্রাগীনা য়োকপনি। মহাক্না চহি অনিরোম শুরকপা মতমদা মাবু লোকপা মপা শখিরমই। মমা মচা অনিনা হৈনা মফম অদু থুন্দেনদ্রা ওইবগা যুমদোংমপোক ওইনা লৈই। অদুগীম্ন মক্না মপা অদু কুম-লায়না ওইনা মতম শাংনা নাতুনা লৈবম্না ওইবন। লৈজনা বন-মথুন অয়াম্বা শরুক ভুমখিবমই। মরম অসিদগী মেবামা মচনম্নপী অমাদ মক্কাক ভাগ্যসাবু মাগী ইখোল মা, অমদা মুম মচ অমা শাংদুনা থম্নি।

মতাং অসি মেবাম্ন শুক্ল নোমজমনগী চাব-থকপম কু লিদোনম্নগা লেমপানা ফৌচেং হাপ্পা মীশক অমদি ওইদ্রে; অদু। চাউরাক্লা য়েংলা নত্তুনা মচনম্নপী অমস্তং মমাক্কী মতে নীংথিনা পীরা ভম্নমদে।

ভাগ্যসিং পিক্লিরৈত্তেদগী মপুক কৈ. তম্প্ল, ঈ ই। মখোয়না লৈবা মুমগী হেক যুমক্লোম্নবদা মমাম্নবা অমা লৈ। মমাম্নবা অসিগী ইমুং অদু 'গোরসিং এনাকথুনবগী ইমুং' হায়না মমিং চংলি। এনাক থুনবা গৌরসিংনা ভাগ্যসংগী মমা লাখবু মথোক্নগীদা ক্কৌম্ন চেংশুগী থবক তৌহন্লি। মমাগী মতুং ইন্দুনা ভাগ্যসিম্ন এনাকথুনবা ইবুং অহুনা

চংথোক চংশিন চাব-থকপা মরাং কায়না ফংবগা লোইননা এনাক খুনং মচা জিতেনগা শানমিন্নবা ফংজরে। জিতেনবু ওজা অমনা মখুৎদ লাইরিক তম্বি। ওজা অসিগী মনাক্তা ভাগ্যসিংসু নিতিগী নক্কুর ফমজবা ফংজরে। নোংমদি মানা মমাদা 'ইমা : এসু লাইরিক তংগে হায়রকই। মচাগী ৱাংহৈ তাবদা খংহৌদনা লংথগী মমিৎতা পারক পিগী ইংলেশ অমা চেম্ববকই। মপি অহু থূনা তৈথোক্লগা মচাদ "ইবুঙেঙা! নঙ'দ পিক্লিংনিনা ইস্কুল কাবসু ঙমখিরোই, কনাদা তংগা —নপা লৈত্তানিনা য়ুমদা ওজা থম্বসু ঙম্মোই, কংদো ন," হায়রকপদ 'জিতেনগী ওজানা তমগে" খুম্মকই। পাউখুম অহু তাবদা লাই মরু লুক্কুনা লৈখি। তঙ্গা অসি জিতেনগী ওজা লকপ মতমান ভাগ্যসিংনা 'ইম। জিতেনথোই ওজা লাব্রম্মনি—এ লাইরিক তম্ব য়াওরুগে," হায়রম্লগা ফুক হৌগৎতুনা চেনখ্রে। মহাক্না যৌখিবদ জিতেন লাইরিক তমদুন লৈরমই। মহাক তম্না চংখিদুনা ওজাগী মনাকরাইদা তুমন্না ফম্লগ যেংদুনা তাদুনা লৈরই। মতৌ অহু উবদ ওজা অদুনা সুংশিরদুনা জিতেনবু তম্বিব. তাকপীবা লোইরগা সুমিৎ অসিদগী ভাগ্যাসংবু ওহাক ওহাক তাকপীবা হৌবে। ওজা অসিনা চৎলমদাইদা 'এন. হয়ে নগাক্কী তম্নবা লাইরিক পুথিরক'ন' হায়রমই। ওজ. অহু চৎথ্রবদা ভাগ্যনা মমাদা মহাকপু ওজানা লাইরিক তম্বিরম্বা অমদি মাগী তম্নবা লাইরিক পুথিরকনি হায়রম্বা মরোল অহু তম্মরে। পাও অহু তাবদা সুংঙাইবা অমদি সুংশিবা রাখলগী ঈথক অমা লুপ্রাবী মমাগী পম্মোইদা ঈহৌরকখি। ঈহৌ অহু লেম্না মাংব য়াদবা গঙ্গা যমুনাগী ঈথক ওইদুনা মিংলু অমিদা শীসুরক্লগা মতম্বাক্তা থমলিবা মচাগী মকোকপক্তা তারকখি। মহু হেক তারকপদা, "ইমা! করিগীনো

কল্লিবা ? হংঙকই। মমানা, কৈন্থ ভোদে, মিংতা কল্লিনো অমা চংথরে, হায়না খুমই। সুমিৎ অ'সদগী লাইরবী মমাদা হায় খললা রাখলদগী মচানিপাবু কমদোরগা লাইরিক থরদং তমহনবা ওমগদগে হায়বা রাখল অ'সমা হেনগৎলকখি।

রাখল অসি থম্না খম্না লখি শুগদোবা নোমগদোবা নোম্মুরগা স্থমিদাংরাই ওইরক্লবদা ইমুং মাঙ্গোল শিৎচিন-থোমজিল্লগা ধূপ থাংবৈ কৎলে। সন্ধ্যা মতুং ওইরক্লবদা মমা মচাগী চাক থোংহুনা চারগা মমা মচা ফুঙ্গা মপান্দা ফমহুনা ওহাক রারী শারগা মচাবু লাইরিক ফমু কন্তে্‌কুনা হিপহল্লে। মহাকসু মখোঙ মখুৎ হামদে্‌কুনা হিদাক ঙাস্থক হামা থকুনা পোথারগা য়াহিপক্ষমদা মচাবু কোন্দুনা হিপথরে। লখি ক্বাকথোং অহানবদা হোৗগৎহুনা মচিন-ময়া শেংহুনা মখোঙ-মখুৎ হামদোকউরগা বৃন্দা মখোঙ রাই তৈহ্নে। ইমুংগী নোমলিক্কদোবা লোইথে ক্লে। মহাক্না হিদাক থকুনা পোথারিবৈদা ভাগ্যাসিং হৌ-গৎলক্লে। ভাগ্যসিং মাং শোইরুরগা মচিন ময়া তেহুনা মমাই মদিৎ ঙাক্লরে। মমানা থাক'পরম্বা চরা রান্নবা চাক থরহু পুথে্‌কুনা চারে। মচানা চরারানবা লোইবদা মমা-মচা গৌরসিংগীদা থবক নোম্বা চংঙক্লে। মমানা থবক ইনথাং নোম'লকইবৈদা মহাক্না জিতেনগী লাইরিক ওরাই-ফমদা চংখিহুনা তুমিন্না ঙাহুনা য়েংহুনা লৈরুই। জিতেনগী লাইরিক-শংদা শিজিন্নবা লোইহুনা ঙাহুনা লৈরবা বই অমনবাশং অহুদ নাকন অমদি লাইরিক ইরবা, নাকন অমদি ইদবা চেনা থর থর য়াঙবাশিং অহু মহাক্ন নিহুনা লৌই। মহুগা লোইননা জিতেন্না শিজিন্নদ্রবা পেন্সিল মতেক অনি অমস্থ মঙোন্দা পিরে। মমানা ইমুং অহুংদা থবক ইনথাং নোম্বা লোইরবদা মমা-মচা ময়ুমদা হল্লক্লে। লাখ ইরুহুনা

চাক থোংখরে। ভাগ্যসিং অমনবা বইশিং অহুদগী নাকন নাম্ম ইদবা চেনাশিং অহু পৌথোক্তুনা মহুনা বই অমা শেম্মে। অহুগা জিতেননা লাইব্রেরি ইখিবদা চেনা তংখাই অমদি ইরগা তংখাই অমা লেনহুনা লৈহৌবা অদৃশ্যশিং অহুনা খুবাকমুক পাকপা বই মচা অমগা শেম্বা লাক্লি। মহু শেম্বা তোংনরৈওদা মমানা চাক লোইশীল্লকুনা মচাবু ইরু-মাইতাকুনবা হন্না হন্না হায়রক্লি। মমানা হন্না হন্না ইরু-মাই-তাকুরো হায়রকপদা "ইমা! ঐ লাইব্রেরি ইনবা বই শেম্লি; হায়েল জিতেনখো'ই ওজানা ঐগী লাইব্রেরি পুবিরক্লগা ঐন্দু লাইব্রেরি ইবা তম্লনি" খুম্মকই। মচাগী পাউখুম অহু তাবদা লখি হয় ও-নুংশি য়াম্নবা রাখল অমদা ওহাক মরু লুকতুনা লৈরুই। মতাং অ সদা ভাগ্যসিং বই শেম্বা লোইহুনা 'ইমা, ঐ ইরুজ্জরগে' হায়রম্ল। মমনা শোকংতুনা থম্বিরম্মবা ঈশান্না ইরুরগা তুলসী মৃত্তিকা নমহুনা মমাগী নাক্তা ফম্মরে। মমা মচা ওর চাক চানিম্লরে। ভাগ্য সং চাক ক্তেক্তুনা মচিন-মখ হেংউরগা ফম্মানদা বোরা মচং অমা থাহুনা যম্লে। ওহাক ফম্লগা হাক্কা বই মচা পুথোক্তুনা, চরাং জিতেনগী ওজানা চেক্লেং অমদা অ আ, ই, ঈ নচিংবা স্বর মযেকশিং ইহুনা পীবদা অত মন্নবা য়েকপা হোৎনহুনা লৈ। মখম্ত চাক জোক্তুনা অমোং-অকাই শেংহুনা কোল-তিক ফেদোক্লম্লগা মচাগী নাক্ত পোত্থাবরে। মচাগী মতৌ অহু অসুম য়েংলগ। মুখ্রাবী মমাগী পুকনীংদা মুংঙাইবম্ম পোকই; অহুগা সনাদরগা মচাদু লাইব্রেরি থরদং তম্হন্না ওমগদগে খল্লুনদা অরাবম্ম ওই। মখ পংকুই কুইনা পোত্থহুনা, ভুমহুনা লৈথোকপা য়াবা মাশক অমা ওইরননা মচা যোকপা ওম্লবা থবকলোমদা শুবা নোম্বা হৌখরে। মম্মগী শুব-নোম্ব লোইবদা মুনিং চাযরকপগা

য়ায়হনা গৌরসিংগীবোমদা চংননবা খোরাং অমুক তৌরক্লে। মমাগী খোরাং উবদা ভাগ্যসিংস্ন ওজা লাক্লম্মনি খুন্দুনা মহাক্কী বই-:পেন্সিল পুথনা মমাগী মতুং ইন্দুনা লাক্লে। মমা মচানা য়োবগা ওজাস্ন য়োরকপগা মান্নরুহনা ওজা অহনা মপী লাইবিক অমন্‌ব. অমা ভাগ্যদা পীরে। মহু ফংবদা মহাক ভমথৈ লৈভনা হন্নাওই। ওজা অহনা জিতেনব্ লাইরিক তম্বিরিবৈদা মহাক মচি অমদা তুমিন্না ফম্লগ, মপী লাইরিক অহনা য়াওরিবা, ওজানা মভেন্দা ওরাং তাকপিরম্বা অ, আ নাবিবা ময়েকশিং অহু বই মচা অহদা মান্নবা য়েকপা লাক্লহনা লৈ। অস্নুম্না লৈরিবা ভাগ্যসিংবু গৌরসিনা ইমুংদগী থোরকপদা উররে। মুনিৎ থাসি, ওজা অহনা জিতেনবু পুং ১।। রোম তম্বি তাকপীবা অহু ওবা গৌরাসিংনা ভাগ্যসিংগী মতৌ য়েংহনা লৈ। ভাগ্যসিংনা য়া অনভা ভাংদনা তুমিন্না ফমহনা মহাক্লা খঙগে তাল্লিবা থবক্তা মপূক্লিং লুপ্পুনা লৈবা মতৌ অহু উবদা গৌরসিংনা ভাগ্যসিবু থম্মোই শেক্ল পুনিখরে। মহাক য়া অনভা ভাংদনা ইমুং চংখি। মহাক্লা অমুক থোরকপদা ওজা অহনা জিতেনবু তম্বি তাকপীবা লোইহনা ভাগ্যসবু লাইরিক তাম্বিবা থেংনররে। হন্দক্তি গৌরসিংনা ওজা অহদা 'মহাকস্ন লাইরিক তম্বা য়াওরিবরা?" হংভকই। ওজা অহনা "নিপামচা অসগী য়াম্না হৈনিবা অমদি মপুক তপ্পা উবদা ঐনা মুংশিরহনা, জিতেনবু তম্বি-তাকপীবা লোইরগা মিনট ১৫ মুক ভরাংদগী থর থর তম্বর। মসিনা থুড়াইবুডেভাগী অভাং তম্বিবদা থোইদোকপা অকাইবা লাকলোই - ঐনা মহাক্কী হৈনিংবাসদা মুংশিমনগ্রহনা ওহাক ওহাক তাকপীবনি" খুম্মকই। বা অহু তাবনা গৌরসিংনা 'এঃ করিস্ন কায়দে, ঐস্ন মহাক্কী মতৌ উবদা মুংশিহনা হংবনি; য়াম্না কৈ,

ইবুঙেঙানা মুংশিবিত্নবা ওহাক ওহাক তাকপীবহুনা ময়েক খর খর উৎ-হৌরবদি সো'ই-মুং তৌবদা থুবীদি নম্মরোইদনা ! হায়রম্লগা থোকখরে।

ওজানা ভাগ্যাসি'বু অ, আ,…ত'কপীবা লোইরগ। মহ'ক্কী বই মচা অমু ফাকতুনা য়ে উবদা মহ'ক্কা অ, আ, ই, ঈ নচিংবা স্বর ময়েক্'শিং মায়ব। য়েক্তুনা ইরম্মিবা অমদি মমাম্লবনা লুন্দ'ক্লগা চেক্লেং-শিংনা বই শেম্‌হুনা হোংনরম্মিবা অমু উবদা ওজা অমু মপি তা'খবা খঙহৌদে। ওজানা ভ'গ্যাগী মখুৎ পায়হুনা ময়েক্‌শিং অমু ইনদা অমুম্না ইগ'নি, অসোয়দা কোনগ'নিনচিংবা তাকপীবগা লোইননা ওহাক তাকপী-ওম্বিরে। মতাং অসিদা লখি ফৌ-ংচ শুবা লোইহুনা মচাগী নাক্ত চ ঙকই অমসুং ওজা অমুন' মচানিপাবু চানবিবা মু শিবিবা উবদা ম'প তানা হাংজরকই—"ওজানা ঐগী ইচা অসিবু মু শি-বিরিব', চানবি'রিবা অসিগী লম্মনবু ঐনা করম্না শিংগনি ! ঐদি লুপ্রাবী লাইরবী'নি, মীগীদা থবক ই থাং নোম্মগা চরা নোংখল্লরা… ঐ হায়ফম খঙদে …..!

অস'ই অয়ুক্তি ননাইসে চাক চাররো হ'য়বকাও ত'দে বই শেমই হ'বহুমা! করি গ'তিনা মহাকপু লাইরিক তমহনবা ওমগনি ঐ……খঙদে !"

লাইরবী মমাগী মতৌ অ'স উবদা জিত্তেনগী ওজ'না— "ঐনা মকম অ'সদা লাইরিক ত'ম্বা লাক্লিবা মশৈ ইবেম্মগী নচা অসে নিত্তিগী ওহাক ওহাক ওম্বিগনি ; অদুগা মাগী তম্লবা লাইরিকসু ঐনা য়'স্তুনা পিগনি। ঐ'ঙোন্দা ইগাশিংনা তমখিবগী লাইরিক য়াম্না তা তাহুনা লৈ। মহাক্কী ইনবা চেং-পেন্সিলনচিংবগী ময়মদা করি অমত খল্লুম্, দাকমু, ঐনা পিগনি। মহাকপু ওহাক ওহাক তাকপি-ওম্বিরিবা অসি

ঐনা মুংশিনহনা তৌবনি—মহুগী মরমদা করি অমত্তা চিংনকনু। চহি অম অনিদং তমজগোরবনু হয়েং তুদা কারব লাকনি" হায়রমলগা খজা অহু চংখরে। ওজানা থোকখিবগা মমা মচা মখোয় অনিস্থু গৌরসিংগী মুপীনা অচা-অথক থর হাপ্পিনা অহু পুহনা মমুমথা হল্লকে।

মচৌ অমুম্না ভাগ্যসিং লাইব্রক থর থর তমজরকপনা অহানবা অনিশুবা লোইখত্তুনা অহুম শুবা পাযরে। থরাই য়াওনা, হৈনিংনা তমজরকপা ওহ্‌বনা মহাক চহি অনিগী মতুংদা মৈতৈরোন হৈবা পানা ওমজরক্লে মহাক্না চহিনা তরেৎ চংহক্লে। মতম অমস জিতেনদি মডাশুবা পরীক্ষা নীংখিনা ওমহনা ক্লাস থ্রি কাবা তারি সঙ্গ তৌবা গৌরসিংনা মচানিপা অতোপ্পা জিতেনবু ডোনবোস্কোনা তমহল্লিংই। মরম অমস মহাক্না মশাগী মপী অমত্তং মচা নপা অহলগা তানবদা মমা অমদ ময়াম্বন্থু য়ান্নি ফে, মখোয়গী জীপস্থু লৈরংনিনা মহাকপু চুটি মুংংশং মু মংতা লৌমিকরস্থু য়াহ অমম্না মৈরেবাক্তা চংখিদোকস্থু নক্তে হায়খ্রেদ জিতেন্দ্র গৌরসিংনা ডোনবোস্কোদা মমং চন্দুনা ওমহল্লে জিতেন লৈত্রবাসদদি ভাগ্যাস লাইব্রক তম্বা তোক্লে। লাইরিক তম্বা তেক্লবস্থু মহাক্না তমখিবা অনিশুবা, অহুমশুবা লাইরিক শথু হল্লি হম্না পারগ, ইহুনা শানবা থাদোক্লে। অস্থুম্না হৈবা-পাব থাদোকপ্তবা মপাম্না মহাক মৈতৈরোন হাইকেং নীংখিনা মন্নেক চংহোরে তোক্লে মরাইবকথীনা ভাগ্যসিং চহি মতাংনা শঙ্গলোক শঙ্গসেনগী থবক্তা চংবা তাহনা এনকথুনবা গৌরসিংগী শঙ্গ হোইদোক হোইজিন অমদ মানা ওম্বা মমংগী থবক্তা চংলে। মাগী পুক্চেল শেংবা, থবক্তা হংখীবা অমদি তশেংবা উবদা গৌরসিংনা মহাকপু থাজবগা লোইননা মুংশিন্নে। অহুনা মমা-মচাগী শেংপা-চাবগী অকুপ্পা

শরুক অয়াম্ব কোক্লে। মীওইবগী খ্বাইদগী অরুম্বা অসি কোক্লবদা মঙোন্দা মৈতৈরোনগী লাইরিক পানিবগী নেশা অমা হেনগৎলক্লি। মন্থু উবদা গৌর সনা মঙোন্দা কাশীচান্দ শাস্ত্রীনা মৈতৈরোন্দ হন্দোকপা মহাভারতকী আদি পর্ব্ব অদু পীনবিরে, মন্থু ফংবদা মহাক পোকপগী মহৈ য়ানবগুম নিংখি। অমং অশংবা মতংদা মহাভারত অদু হন্না হন্না পাহ্নুনা শন্নবদগী মঙোন্দা শুংডইবা ঈচেল অমা ফাওরক্লে। মদুনা মঙোন্দা জ্ঞানগী মঙাল অমসু হাইবেৎ পীনবিরে। মঙাল অসি ফংবদগীদি মহাক্না মহাভারতপু জ্ঞানগী থানিনি লৌখরে।

মতৌ অসুম্না মঙোং অমদা হাইফেৎ পুকনীং শুংডইনা সেঙ্গক্লবা ভাগ্যসিং মতমগী থিংউব ডম্লবা তোরে মচা অমদা লৈসনব তারাক্ল।

নোংমাদি মহাক্না খুঙ্গগী শগসেনলেং থোক্তুনা শগ সেনবা য় ওক্ত-রগা হল্লকপদা মমা পুত্রাবা মশা ডমদে হায়হুনা মতোংতা হিপ্তুনা লৈরম্লে

চক্ষক থর চাহুনা শগসেম্লে য়েক্লব নহা ওইরিবা মহাক্না মমাগী মতৌ উবদা অরাম-থোরাংবা কাইহুনা মাগী মাম্ম মেরাদা ভাকউরে। থুদক অদুদা মেরা মতৈ-মনাও চংকতুন হাংলবা মতমদা লাখ লাইহৌ হৌহ্নুনা লৈরমই। মেরা মাইবা কৌরু থগে হায়রম্লগা চৎখিহুনা ওক্তা তেংলেন মাইবগা লোইনহুনা লাক্লে। মাইবনা মৈ ওকতুনা চিহুনথহুন য়েংলগা 'ঈ লাইহৌনি," মরি মঙানি হিপ্লা তারি, ফম অমা থাও ডহাক পায়বা তারি হায়রবদা ফম থাহুনা ওহাক পায়বিরে। মাইবনা শুদ্ধিতৈদা ভাগ্যসিং মখোও মথুং হামদোক্তুনা মচিন ময়া ভেংলগা মৈ-মুং থাদংতুনা ধূপ-থাংমৈ কৎলে। মন্থু

লোইরগা মমাগী খুয়াদা তুমিন্না ফমহন্না লৈ। মাইবনা হিদাক ভাস্থক অনিরোম পাম্বক্রবা মতু ঙাইদা মেরা অমুক চংভক্লুনা মণ্ডংপী অমা থাররে, অদুগা খরা মাংপুননা থুনা ফনবা তৌবম্ব, মমা মচাগীদি মমা অসিনা অযাম্বা শুজ চেকরগা মমুম লিংজরিবনি হায়রবদা মাইবনা "ঐ খণ্ডজরে, ঐনা খণ্ডজবা, ভমজবা শরুক হেংনজনি" খুমক্লই। ভহাক লৈরগা ওজা মাইবনা "ভসিগীদি পোংখাবসি" হায়হুনা শুবা খাদোক্লুনা ফমকমদা ফম্মে ভগ্যাসং বেড়গা লৈগা লানশীল্ল। বেড়ৌ পক্লা হক্লা মাইবনা "চাকস্তি চাক্করম্ম, চনিং ফানবা চবোন অহু খরা লোবগা ঈাশং খরা হাপতুনা অমুক লাল্লগা চুমথোক্লুনা খরদং থকপদি ফৈ" হায়রম্লগা থোকখরে।

ওজা মাইবনা খোকথ্রদা ভগ্যাসংনা মমাদা—"ইমা! ঐগী চাক খজক্কুং বোংউবগে, হমাগীদি খুড়া মইবনা হায়রম্ব। চবোন অহু ওইনা তৌবরো।" হয়রগা মফা হোহুনা চাক থেস্কুংখরে। তোমভগী চাক্লনা ভহাক্তদা লোইহুনা চবোন অহু মাইবনা ভাকপীরম্বা মতু ইম্ন শেমহুনা যনাদা লনশীল্লরে। লখি— মচিন হূমুক খহুনা কারিগুম্বা অমত্ত থাক্ল চানি দ্রবস্থ মচানিপাগী মপুক্কুং হু ডাইনবা খল্লুহুনা চবোন অহু ভজ্ঞ ইমুক থক্লে। ভগ্যাসংস্থ মমাগী সেবা লোইরম্মগা চাবে। চাক তোক্লগা অবেং মকাই শেহুনা রাইরম শৈভেথে ক্লম্লগা কোললিক ফদোকউরে। মখোংত্ত মথুং হম্লগা মমাগী খুয়াদা ফমহুনা "ইমা! খোঙ নোম্মুরা?" হংভরে। মমানা মচা রাখিনি খল্লুবনা 'ইমা কারস্থ তৌদ, ভহাক ফমহুনা পেখাক্লরো ভুম্মবা...' খুম্মকই। পাণ্ডবুম অহু ভাবদা ভাগ্যসং মহাভারত

পুখোক্লুনা পোদোন ময়াদা ফাল অমদা ফমহুনা পাবা হৌখরে। মমানা মচাবু শলসেনবা চৎনুবনে, চাক থোংহুনা হাৎনবনে, বার-ায়নি খল্লুবনা "ইবুংঙো। লাইরিক ওহাক পারবদি ওক্রে, তোক্রো, ইমনা ওহাক ফমহুনা পোত্থাক্লু হায়বদ চাক হেক তাকপগা তুম্বা ফংহু হ য়রগীনি, ইমা ইচ তুম্মুরসি" হায়রকই। মমাগী বাহৈ তাবদা ভাগ্যাসিং লাইরিক পাব তোক্লুনা ফম্‌-ফাম্নুং কন্থেক্লুনা মমাবু ফমজাওনা কাহল্লে; অদুগা মমানা ফম থাদুনা হিপ্লখা য়াংহ শফম লোইশল্লম্লা। মহাক কথৎলকতুনা মমাগী থোড নোইররে মমানা মচাবু পেথ'হ ম্নই, মচ'না মমাবু মুংঙাইনা তুমহ'মই। অসুম্না মমা মচাগী অশেবা প্রেমনা অমনা অনবু মুংঙাইহন্নিংবদগী অহিং মিৎশেন খ ওনররকপা মতৌ উবদা নিন্দ্রা কৌবা লাইরেম্বীনা মমা মচা অনিবু পোত্থ'হনগে নিংহুনা মতম্বাক্তা পমখরে। নিন্দ্রা লাইরেম্বীনা থাদোরকপা মতমদা ফাক্‌ থাংগম্মে ভাগ্যস হোগতুনা মথাও হাম্মুরগা মচিন-মম্না শেংহুনা মমাই মনিৎ তাক্লুরে। মহাক্না মমাবু মপান ঈপান থোক্লুন চিন য়া শেংহনবা হেক লাহবগা ওজা তোলেন যৌরক্লে। মহাক্ল ফম থাহুনা মমাবু হিপহল্লবদা মাইবা চংলকতুনা শুররে। মতৌ অসুম্না ওজা তোলেন্না মুমিৎ হুমনি অমুক মুমিদাং পাহুনা শুরকপদা লাইহৌদি খরা শেল্লবমু মিহুল্ল ইহন হন্দে। মিহুন হন্দব মদা ওজাসিগী পুক্নীংদা চিংনবা অমা লৈ। চিংনরিবা শক্তি লাইহৌ শোল্লবা অসি চরা হেনবগী ওইবা তাই; নত্রবদি মিহুন থরদং মমাই লৈফম থোকই।

রাখল অসি খম্না খম্না ওজা মাইবা চনখ্রে। ওজা অসিনা

মুমিদাংবাই অমুক লাকতুনা থরম্মগা মেরাগীদা চত্তুনা অনাবগী মরোল পুম্নমক তম্লগা, মহাকস্থু থাদোক্লোই, অতোপ্পা মাইবশিংস্থু য়েংহন্নসি হায়ররে। মাইবগী রাদা মেরানা— "তদনা সুংশিবিত্তুনা ঐগী ইচল অসি থদোকপিস্থু, অতৈ অতোপ্পা য়েংহনসি হায়রবস্থু তদগী মেং মতুংইন্না ঐগী ইন্দ্রাক্ মমদি নাবিবা ইচনপুপী অসিগী মপুক্কীং চম্নবা কৌজগে।" হায়রগা লুপা ১০ থারে। মেরাগী পুক্কীং উবদা ওজা তোলেম্না— "ফরে অচুদি, ইনাওনা অচুক য়েংহম্নংবদি কনা কনা লৈ?" হংবদা মেরানা— "ঐগী মোত্তি কনাস্থু লৈতে, লৈতে হায়বদি ঐখোয়গী খুল অচুম মরিমনা তদনা য়েংবদা লুরবা অনাবদা কনানো কৌরগদবা! তাদনা কনা কেক্ক হায়রগে হেক্তা তাকপীয়ু, নমাও চিংনবা লৈতনা কৌজরগে।" হায়রবদা ওজা তোলেম্না "ফরে অচুদি, ইনাওনা ইতিং তিংনা হায়রগাননা ঐখোয়গী মমাং খুলগী 'মাইবা অচৌবা' হায়বসি মমিং লৈবা অমনিন মহাকপু অমুকং য়েংহনসি" হায়রক্লে। মেরানা— "ফরে তাদা, হয়েং অমুক কৌজরগে" হায়নত্তুনা ওজা মাইবা হনখ্রে।

নো তম্লগা মেরা চংত্তুনা 'মাইবা অচৌবগা' লোইনত্তুনা লাক্লে। মখোয় অনিনা থুংত্তবা মতমদা ওজা তোলেনস্থু লাকতুনা লৈরম্মী। ওজা তোলেম্না মাইবা অচৌববু তগাম তরাম্না কৌশিন্দুনা অনাবা অচু য়েংহল্লে। অচৌবনা হিদাক তান্থক্মুক য়েংলগা থাবক্তুনা ওজা তোলেন অমদি মেরাদা মানা থংজবা মরোন অচু হায়ররে। মরোন্দি, ওজা তোলেনদা— "তাদনা য়েংবিরিবা অনাবদা ঐখোয়না অমুক য়েংউবগী মরম থোইদোকপা লৈরোই; পুক্কীং চম্নব অচুক

কৌবিবনি। ঐনা খঙজবা শরুক্তদি অনাবা অমি মতম খরা শাংগ-দরা খল্লি" হায়রবদা ওজা তোলেম্না— "অদুদি ইচিন ইনাও চংদুনা খরা হোৎনসি" হায়রকই। অচৌবনা— "তাদনা অদুংক হ'ৎনবা ; তাদগী ফু ইঙবা ফইনা ঐবুসু লাকচৌ তাকথিবনা লম্বী অমনি" খুম্মকপদা মেরানা অচৌবনা লুপা ৫ খ'রে। ওজা তোলেম্না— "করে অদুদি, হন্দক্লাসে ইচিন ইনাও ঐখো'য় অনিনা হোৎনথিদ্রবদি কনাসু লৈরোইদৌরি, হা'যবদ— নারিবা ইবেম্ম অসিগী হাৎবদু ঐখোযগী ইনাও মেবানা লোইরে, কনাসু লৈজদে। অদুনা ইনাওসু মরি মঙানি অসিদি লেপ্পিসু, লাইথাই অমা তারগা কেন্না অমুক খঙ্গসি" হায়-দুনা মাইবা অনৈক হনখরে।

মাইবা অনি হনগ্রবা মতু অসিদ এরাক খুনবা গৌরসিং লাকই। মেরাদগী গৌরসিনা অনাবগী মরমদা মাইবা অনিনা হায়-রম্বা মবেনসিং অদু তারে। মতু তারগা গৌরসিং ময়ুমদা তম্না হনখ্রে। ওহাক লৈরগা চেং চেক্কোক অমা নিপা অমবু পুংন্দুনা অমুক লাক্লে। চেং অদু থমহল্লগা মতাক ইমুদা চংডুক্লুনা ভাগ্য সং মমাদা লুপা ২২ অমা লাহৎনবা যাওনৌ হায়দুনা পিরে।

লাখ মথুং লোম্বদুনা মমস্তা মপা তানা হায়রকই,— "খুডা ইবুংঙো! নমাই ঐ অমুক্তং করক্কুনা ময়ামগী মেবা অমনি ইচা য়োকৃপা ভমজবা ওইজগেকো।"

গৌরসিনা— "ইবেম্মা! নবুং লৈরি, ঐ লৈরি : নদুক্লোদা চিনবা করিসু থমগনু, ঈশ্বরগী খোজাদ লাক্কনি।" হায়রমলপা খোকখরে।

মাইবা অনি অসিনা অমুক অমা মুমিদাংবাই অমা পাহ্নুনা মুন্দিং ভংগা'নমুক হোংনরকপদা' অনাবগী লাইওং অসিনি হায়রা ভং তানা লেপ্পা ভংগে, অনাবসু নোংমা নোংগী, অসুম খর খর শোংশুদ্রক্লি। মতৌ অসিদা নোমা মাইবা অনিমক পুনবা অমুক অমদা, মাইবা অচৌবন' ওজা তা'লন্দা — 'ওজা! হন্দক্কী না'রিবা ইবেম্মা অসিগী লাইনা অস তবেনা কয়নো হায়রা ননাওদি ভা'ব ভা'রে, তাদগী মোত্ত করি কৈবগ ?" হাওকপনা তোলেম্মা— 'ইমাম্বসু ভা'ন তা'দে; অহুম্দি ওইরবদ চাওরাক্লা ঙৈগী' লাইনা'নি হায়রবা অমদি ইনাওসু ভা'ব হাবিরি। মসি শম্মা হাংদ্রংদা নহা ওইনা লুখা ওইহৌরগা মতম শাংনা মমুম মকৈ পান্দনা কৈরকপদগী ওই-রকপা অনাবা মথল অমা ওইরে তাই. হান্ননা ইমাম্বনা লেই। ঐখোয়না অনাবা অসিগী লাইওং অমদি মমিং পিবা ভমহ্নবসু মনাবা অসিন কু থাংশিং লোমবা হেংশুনখিবগুম লোমসিনখরে, নিই। অহনা ফগংলকপগী আবাদি ইম্বাম্বনদি খর রাংনা পোকই; ঐনা হায়রিবসে ঐনা লানবা ওইসনু, ফদ ফরক্লগা লেপ্তরে" খুম্মকই।

অচৌবনা— "ভামগী রাখল অদো ননাওগীমনি; মতুং অসি ভামনা হোংনবিচৌননা তৌবিরো। কম্নিনা হায়রবু ননাওদি খুল অমদগীনিদা, অহুগা তাদনা খুনশানিদ্দা, অতুগী মথক্তা মুমলোন মরি মত্তানা লাপ্পবনি।" হাওরকপদা তোলেম্মা— "ইনাওনা হায়-রিবদো হায়ফম থোকতুনা হাওরিবনিনা মতুদা অমুক থোইনা খম-নিংতাই কৈতে, অহুমকপু নোংমা নিনিদো লাকপিখো, ঐমু মবুং

মেরাগী রাফম অত অমুক্তা ত'ন্নরমখিগে।" হায়নহুনা অচৌবা হন-থরে। রাফম অসি তে'লেম্না মেরাগী তান্নবদা, মেরানহু— 'ফরে তাদনা অস্মক হোৎনবিরে', হোরেল মাইবা অচৌবা লাক্লগা লুপা ২০ দং কৎপ্রগে, হয়েং খুৎথাবা য়াদবা মতাং লাকপদা অমুক থন্নবা হায়বতু'ন " হায়নহুনা লেপ্পরে মুনিদাংন্নাই মাইগী অচৌবা ল'ক্-তুনা য়েঙবদা মের'না লুপা ২০ থ'রে; অতুগা মহাকপুম্ন পুমথা থাদোকপদি তৌবিগনু, মতা য়েংতুনা মরক মরক্তা মরাশপিয় হায়-জরে। "য়'ম্না ফরে, অহুম তৌ'স।" হায়রম্লগা অ.চৌবম্ন হনখরে। অনাবা অসি পু'ন্সগী অবোইনা য়া'হপ ত'ম্নকপা ওইবনা নোংমা নোংমগী অস্নুম হেঞ্জিল্লকৃতুনা হিপখিনা মু'মস্তগী থা অমা থর হেল্লকপা য়াকচৌগী পুণিমা মুমিওা অরোইবা স্মর হোনখরে। ভা'গ্য'সিং বু মমা লুপ্পাবানা পুন্সিগী অরোইবা দিনায় পীনাবরম্বা মতাং অাসদা মহাক চহি ১৩ শুরে।

ন্ন'কচাং থাগী অহিংদা উন্না ফীডৌ ত'রবা গুমাংদা ভাগ্যনা মমা কৌহনা কপ্পকপা কনানা শীথ'ক্রুবা ভমগবা!

মতম অসিদা লৌরী য়ুক্ষ্ম লৈজদবা মহ'ক্কী থুপ্পফম হায়বসি মীরমলেন্দ মমাগী পোক'ম্নবা মহাক্কী মাম্ম মেরা নক্তনা অহোম্পা অমা লৈংত্র। মহাক্কী মাম্ম মেরা মচা নিপা পোক্কে। মহাক্কা ভাগ্যসিংবু মমুমদা পুশিল্লে। মেরা মপুক ভপই, পুকচেল শেংই অমস্থং চাওই। মহাক্কা মক্কাক ভা'গ্য'সিংবু মচাংকী পান্দমগুম য়োকপী থাংকপীরমই। মহাক মাই মাম্মগী শলডাক শলসেনগী থবক্তা লৈরকপদগী পাথং ফারক্তুনা লৌক্ত শীংউবগী থবক্তা চংডক্ল। ভাগ্যসিং

মশাগী ফিভম মশানা থঙনা চৎপা নহা অমা ওইরমই। মরম অসিদগী মগাক্না ভোৌথোরকপা থবক খুদিংদা মেরাগী অপেনবত্তা ওইরমই। মহাক্না থহই,— সংসার অসিদা মহাকী চঙফম হায়রবসি মহাকী মাম্ম নত্তনা অতৈ কনা লৈতে; অতুন'দ মাম্ম অসিগী য়াপং কাইদনা চৎপনা মম্মগী পেনখিবদা নত্তনা মশাগীম্ব যাইকবা লাক্কন। রাথল অ'স য়ৌনা থন্দুনা চৎপা মঙাক অমা য়োকসবা ফবনা মেরাস্থ নোংমা নোংমগী পুক্নীং স্থ ভাইবা অমদি চাউথৎপা তঙ্ক্লি। মত্তৌ অস্তুম্রা মথোয় অনি চহুনা মশাগী লৌ পরা ১॥০ লৈজবা অতু নিখনা উবা অমদি হংখোল কোইনদগী মেরা চাবা থকপা মরাং করবা, ফৌ-চেং মরা কায়না হাপ্পা মশক অমা ওইরক্লে। মরম ওকপা অঙাংগী চঙ্গফম লৈতগী মথক্ত, মেরাগীদি— হক পোকানিম্মবা মচনক্লা পোকপা মশাক ওইবনা ভাগ্যসিবু মহাক্না থেংইংোক হেন্দোক্ল থাজবগা লোইননা স্থংশিথরে। অতুনা, মেবানা মহাক্না লৌ থয়া অতু লৌথাই অনা ভাগ্যাসংগী মমিদা পনরবরে, লৌথাই অমনা মচাম্নুম্মীগী মমিংদা পানবরে, লেমহৌরিবা লৌথাই অতুনা মচক্না মুপীগী মমিংদা পানাসনবরে। ভাগ্যাসং থবকী মী ওইগ্রবস্থ অশা অনংবা মত্তমদা শাস্ত্রজ্ঞানা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা মহাভারত অসিমদ মথং মথং পাব ইথা থাদোক্কে। মসিনা মত্তোন্দা মীওইনগী লমচৎ নীতি নিখিনা তাকপীবনা মহাকপু মীনা মশক থঙ্ত্রবস্থ মম্নুদদি মহাক মী অমা হায়রত্থ হাইফেৎ ওইজরে। মহাক্না মযাইবকথীবা লুপ্লাবী মচা অঙাং অমা ওইনা হৌরকপদগীনা চহি ১৪ য়োম তরকপা ফাও' অসিদা মহাকী রাথলনা মৈতৈ সমাজগী

মহুংদা থিংজিন্নুবা ওম্বা শকক্তা, মহুং অ'সিদা মানা থম্মোই শোক্লা পামদবা শক্লক থর উবা ফংই। মতু শেংদোক্লিংবগী অ'শা অমা মহক্না স্তু'ন তারকপদগী মহ'ক্কী থম্মোই কুঞ্জদা মখোন চোংতুনা লৈরকই। কিতনা থা'থিদনা মহাক লৌই শা উবগী থবক্ত লৈর-বস্তু মহা'ক্কী আ'শা অসিমসি ইথা থাদো'ক্তু। আশা অ'সি থ'দি থাদো'কত্রগা মহাক্লদ লাইবিক লাইশু মতিক চা'না হৈহে'দবা অহগী মথক্তা মীনা শীংথ'নবা মীশক অমস্ত ওইদ্রিগনা মহাক্ক' থম্মোই কুঞ্জগী অ'শাগী মখোন মডা চংডমদনা লৈরকই। অস্তুম্ন' মড্ডা চংডংদনা লৈবিবা আশাগী হ'র লৌফমদ মহ'ভ'রক্তনা ওই।

মহাক্কী আশাগী থবক্তি করিনো? ম'না ইহান হানবদা পায়-থংদি'বা থবক্তি — নহ'দ'দীন' পা'থং তি ক'রব ম'ওইনা থংখ-চৈখ-বগী তিরবদা নত্তবা চুম্না শন্নবা', র'রী শ'বা, রা লা'ন চানবদা ফাও' লীওইবা ঐথো'য়গীদি শুক পুম্নমক্তগীস্ত অশো'ইব' শুক অমা ওইরিবা ঐবু ঐবু পোকপা ইমাগী অথুপ্প মফম পন পন্দুনা রা ঙা'ন্নৈ, রারী শ'নৈ। হায়রিবসি মথক্তা হায়থিবা চহিগী মমু পা লৈবা মা থুদিনা নোংমদা মথিং নাইদনা পান্ন। অস্তুক লুবা, অথুপ্পা মফম অস্তুক লা'যনা থওইদনা পন্নরিবসি ক'রিদগী ওইংকপানো', কদোরগা মুঙংপা, শেদোকপা য়াগদগে হায়ব'সপা।

অ'নশুবনা হৌরকইবা নহারে'লশিনা মাংফা শো'ইকম মফম নাইদবগুম তৌরকপা, লৈরক শরোক ময়াদা হেক্ত মাংশোকপগুম তৌবা, ক'রগুম্বা মতমদা চানরিবা পুথ্রী, ঈশিংথেং ময়দা মাংথোক-অম্বা অমদি ঈশিংদা ফাও' তাওতুনা লৈরম্বা, মসিমা শেংদোক্লিংই।

মহাক্না থল্লি— নিঙোল থাজবদা খুঁইদগী মরু ওহৌরিবা অসি মক্ষাক ওইগদৌরিবা নিপা অসিনি। মক্ষাক ওইগদৌরিবা নিপা অসিনবু জুপাং চান্ত্রবা, মীথোং হুকহ্নবদি মপা মমা ফনা এনাক থুনবা, অফবা এটথুনস্থ করিস্থ শান্নফম লৈতে। মপা মমাস্থ ফবা মশাস্থ ফবা হায়রবসিদি নিংথৌল খুদিংগী মরাইরক্না পাখোক থোক্লাই; হুত্থনদ মরু ওইনা মশা ফবা, মমা ওকপা লক্সা ভাই। অস্থুম্না থন্দুনা মতমগী ঈরাং থক্পা মরনা মচাস্থুণীবু অহেবা নিপা মমদা থাজহ্নন লুহো থরে।

মতু আসন্দা মেরনা ভাগ্যসিংগী মুপী যেংবা চৌরক্লে। মাফম অসি থজক্কং কাথোকলুবদা পুন অদি অচম অতুগী মচাস্থুপী থাজ য়েনজবা যানা লৈবা মী মুয়ানা শিনিবনা হল হল লান্নৈ। থেংনৌ মতা অসমা পুক্ক তম্না মেরনা অমস্থু লাস্থ নারৌবিদমবা মওদা পাউথুম পিরগা মহাক্না নিংজবা মচা-মমৌ থেব চেংলৈ।

মেরাগী মথলদি করিনো? মহক্না মথলদি মক্ষাক ভাগ্যসিংদি মহৌনতন, মাংন মনাও অনি তদে। মহক্না মুপীদি মদুং মাপা থর খুৎকন পাম্নবা মতুগা মুপী অদুস্থ নয়ুম পানগদৌরি। অসিনা, মহাক্না থিরিবাদ। মেরানা মক্ষাক্না মুপা য়েংবা আসনা মহক্না রাথক্লনা 'অপেম্না ওইগে' হায়রবা আসমস্থ থল্লমদে; অহুনা মহক্না ভাগ্যসংগী পুক্কাং অমস্থ হংইকেং থভদোকপা পাম্নবই। মফম অসি ভাগ্যসিংনা মপা-মপাদগী তরবদা মহাক মুমবাম্বক ওইত্রবস্থ— মুমিং অসিনগী মহাক্না পেখো রাথল আসিগা নাম তাবাদ হৌথি।

মহাক্না থল্লি,— হুপা মশক থংহৌত্রবা, ইমাস্থ লৈজত্রবা ঐবু

য'ত্রনা, 'কৈ কৈ য়ং'সি, নহাক্কী নি হায়রক্লবদা থোইদোক্লা চিংনমিংডাই কৈরে'হৈমা পিদ-পিদবগী বানা জতোম্লনি,' হায়রম্লগা চ'ংথ্রে। মেরাম্ব মথুং পাংনা প্রণ প্রণ হন্নরু।

মু'মং আসগী মুংদা য়ুইদা এজা য'ত্রানা মচানিপা অহল থারক্লুনা মের'দা, চমাই অয়ুক্কা র'কম অহূগী ময়মদা চংনু-খোংনুবদা থোইদো'কপা চিংনমিংডাই কৈতে প'জা লাক্কদবদা ঈশৈ তিন্নবা অমা লৈরে, হ'য়রম্লরে। পাও অ'স ফ'বদা হেরা মথমাই মুংডাইনা কৈরোহৌরে

লমদা থানি লৌট্র শীংউবা লোইরবা, থেঙ থুকংবা পাম্বনি। ময়ম একশা থুমংদা কৈবা মীশংগী য়'ম্না মু ড'ইবা মতম'দ। মরু ওইনা পাখং কৈশ'বৌদি অয়'মবগী হয়াওয়খোই কাজবা মতমনি।

নোংম, মুমং অফবা অনদা মেরা মহাক্কী মরুপ এজা র'মসিংগা লোইনহুনা কুন্দসিংগীদা লাকই। মু'মং অসি কুন্দসিম্ব কৈরম্বা ওইবদা মরুপ আনিবু তরাম ওরাম এক্লুনা ফাম্মগরে। মচা লতা'দ মমুং'গী মরম শওউবনা মীগী অনি লাকই হ'য়বগী থো'ইদোক্লা হঙ্গোইক্লগা তৌদনা নিংডিগী মহাক্লু নেংমফম থোকপা থবক হোংবাং অহু অহুনক নাম্রি, হমংহুন চংথো'ক ৫৫ মন তেরি।

মেয়ানা লতা'বু উ… ক্লা নীবা মহা'ক্কী মুপীদ মসিম রু, লেপথরে।

লতা থবক ইথা' লাম্বা লৈ'ইহুনা মমাং শঙ্গোইদা ফী শাথরে। ফী অসি ম'-শাদা মহাক্কী শেংনবা ফনেক্লি। লতাবু পেকপী মমানা মাপোং লাকপগী হৌনবা হিদাক হান্দুনা সেবা তৌম্নি।

ওহাক হিদাক খক্তুনা রারী-রাতাই শানরবা মতুংদা মেরানা লন্তংগী চহি হুংঙকই। কুন্দসিংনা চহি ১৬ তগী থা অমারোম হেক্লক্লা, তর তরেং চঙলকপা হায়রবহুনি, খুমই।

পাউখুম অহু তাবদা মেরানা মহাক ভাগ্যসিংগীদমক্তা লন্তাবু য়েংবা লাকখ্নি, মহাক্লা নীংবমক চপচানা থোকখরে অংতাপ্পা অমদা থাজ য়োঙ্গ্খবমক লৈত্রবদি রাকম অসি খগ্নবিম্ন হায়জবি। কুন্দসিংস্থু হান্নবা পীনিংলপ তৌনা লৈরম্বা ওইবনা, হৌবিমক থোক্টদোকপা থাজ য়োঙ্গ্খবামক্তি লৈত্রি; অদুগা হায়বা লোৎপমক্তি প লাক মলাকই। অদুবু মরংইবক্ত ভন্নদররা করিনে' পক্ল রাইনবা অমত্তা শুকপোক থোক্তি, খুম্মই।

মেরানা রাকম অসি অমুক্তা মুম্না খন্নবিরমখো, নোংমা মুমিৎ অফবা অমদা মনেখে'ই অমুক লাকহনজগে ; অদুগা মহাকী মোংতি পীবিবা পীবিদবগীদি খগুবে লন্তাবু থাজ্জংশংনা পামজরে, ফোংদে'ক্লে।

কুন্দসিংনস্থু, ভাগ্যসবু নহংরোল মরক্তগী মরমওকপা, পুকচেল চাওবা অমনি, অদুবু মখোয় অনিগী মরাইবক্তা করি ভম্নিপবা হংয়বাত্তুদি খগুবা ভমত্রবনিনা ঈশ্বরগী নোংদম হায়বাত্তুমতাইরে, খুম্মখদা মেরা মপুকনীং হাইৎফেৎ মুংতাইরহুনা 'অদুদি এখোয়স্থু হনজরগে' হায়দুনা রামসিংগা লোইননা থোরক্লে। কুন্দসিংস্থু মরুপ অনিবু কে'ম্নোংফাও থিন্দোরক্লগা লৈহৌরে।

রামসিং রংখল য়াম্না কুম্না, মুম্বান-কৈবান চোকসিনবা পে'ংকী মগুন খগুবা মীওইনি। মহাক্ল মহাক্তা মরুপ মেরাদা, 'ভসি য়েংউ-রিবা নুপীমচা অসি লম্মনা কৈজ, ভহাতহাদে, অদুনা মহাক অভোপ্পদা

কৌই। অদুনা রামসিংবু উবদা মহাক্কা, মাম্ম লেঙবিরকইবরা' কৌরমই। রামসিংস্তু 'মাম্ম লাকলি' খুমই মাম্ম অনি কমিন্নথরে। ভাগ্যসিংস্তু, 'মাম্ম ফম্বিহৌখো ঐ অহুরাইদা ভহাক চথোকনকগে' হু য়ররমলগা হেথোকখরে।

মেরানা, মরুপ! হ চিং অসি য়ুমশকৈশনি থাবানস্তু কৈ, অদুন নচনগোয় অহুংমারদ হৈরা থরদা পুহনা চংহল্লু সরা, হায়রক-পদা রাম সনা য়ম্না কৈ মরুপ, ঐখোয়গী নচনস্তু থারক্কে হন্দক্কী অনি লাইনা তম্মনি, হ যনদি মখোয়নস্তু পীনিবা ঐখোয়নস্তু পামজবা অদুগী মথক্তা ম চপ্প ক চাবা, মবু মৌপর। খুকনপাঙনবা হায়বাহুস্তু খোকপা, খুম্মকই।

মেরা—হন্দক্কা আসদা ঐটা পুকনীদা পঞ্জানবা অমতদাদ লৈনে মরুপ, কন্না হায়ববু নক্কাক অসিদ মরইবক লাংনা, শগৈ নচৈ কৈতবা নয়বহু পোকইদো, মথুরা অমতং লৈ মতু-মচা লৈতব, থরয়গী মারেল লোন্দবা, সধুমরক লখোইবা মরক ওইনা লৈংগ্রেনো! সুপী মমুম অসিনাদি হৌজকম ক্ত খুকন পাঙনবা, মাচপ্পাক চাবা তোঙখা হায়বাহু থোক্লুদো, মসেলা মখোয়গী চিনকম শরুক থরা লৈরমগদ্রা অসনি!

রামসিং—মরুপনা ত কপী রবা অস মায়দৌদি চুমই; অদুদা ঐখোয়গী ইক্কাক অসনা মরমওকপা, হায়বা চংপা ইনবা, থংক্কী নী ওইগা অমদি হে তোংদবা অমা ওইবনা মাগী মরদা চান-নি ভাই লৈরোইদরা, অসিন!

মেরা—ঈশ্বরগী নোংনম হায়বহুনি মাগী হায়ববু ঐনা লোইরেদো!

রামসিং—মানি, মানি, মীওইবা ঐখোয়গী তান্নকম হোৎনকম থোক্পা অহু অহুক হোৎনবতনি, চোকশিনরক্পা ঈশ্বরদা চঙবা নত্তনা কৎদা চংজরকনি ! অহুদি ওসিগীদি পোইদোকপ। অতৈ অতৈপ্পা রাজর অমা লৈত্রবানিনা ঐঙু হনখিনবা তোরগে হংচংতো নত্র অহু চত্তনা থাক্লরগে হংঙ্গরবদা, মেরানা কোঙ্গোংকঙ শিন্দে কহুনা রানস মগ্নম হনথরে

রাওশ, নঙম্ম'গী মতমনি। অয়াম্বা শরুকী ইমুনা মাগী মাগী মচা মশুটি ফীরোল লৈবা চখেক চংসন তৌবদ কন্নী শরোক মীন, ফাওো কোনারি ! অয়াম্বা মানা ফীরোল লৈরকুনা মচামশুগী মতৌ য়েংবদা হরাও মথেক কাহুনা পুকনিং মকা লম্নরি। ইমুং অয়াম্বন, খরহ পুংতাইনরবা মতং আসনা কনাগুম্ব, কনাগুম্বীগী ইমুংদি মচান মশুনা মমাম্বদশগী ফীরোল লৈরকপা উকরগা ঐগীসু লৈবিম্ম পাঙি, ঐগীসু লৈবিম্ম হম, হায়রবদা চিম্বান্দাদ লেকনি, লৈকানি, খুনগী শম্মে হননি কার তৌ সবা হন্দুনা কপলি ! অত্তকপনি মতমগী তৌঙম্বা—কনাবু, বনবু কপহাল্ল, কনাবু চিম্তাগী ঈশ্কো লুপহল্ল, কনা অমবু নোকহাল্ল !

অম্বথ মতমগী য়ুমথৈকশগী অম্বকনি। লৈচন নোংফাই ওদবা য়ুনিংনি। ওজা রামসগী মুপী তানদোনবী মেরাগী য়ুমদা মতম চানা থোরক্লে। মেরগী মুপী তমুবীম্ব থোরাং লোইত্তনা লৈরম্বা ওটবমা মুপী মখোয় অহুম হৈরা, অথুম অচাও থরা পুহুনা কুন্দসং-গীদা থোরক্লে। মুমিৎ অনি লতা থবক-ই থাং লোইত্তনা মমাং শঙ্গোইদা পায়োং ফী শারি। লতামা মাধবী তমুবিনাচংবা অহুনবু ওরাম

তরাম ওক্লুনা মাঙ্গোন্দ কমহল্লে। লন্তা'মানা হিবাক হল্লুহনা খুদোং ফাল্লু, লানশিল্লগা করিগীনোনে পোৎ চৈপ অস্ত্রক য়াম্না পুবিরক্লিবা-সিবো, হায়রকই। তমুবীনা, কখিস্ত্র য়াওজররকপা নহেদা ইবু ইকাই, মিংগোবু করি কোদোনো নিপা নিপাস্থ লে'গানি, নুপী নুপীস্থ লেংপা-নিনা ওনিদগী ইতা হেকমক কৌজরগে, খুম্মকপদা মাধবীনা থরাই ওনা নোকতুন', 'নুংঙাইজরেদা ওনিদি ইতা অমা কংজরে। ইতগা নুংশাংনা মতি লৈনবা ফংনবা পুরকইবা হৈর', অথুপ-অহাঙ অসি লাইদা কংখিগে হায়রহনা খুন্দা মখোংদা পুথহনা কংখরে। মাধবীনা তুলসীবেং ময়াদা পেং কৎতুনা খুরুমহইডেদা কুন্দাসিং শল পুনখোকউবদগী হেক হঞ্জগ্রকই। মতৌ অদু উবদা কুন্দসিংনা, 'করিগী লাইনো নচনা খুরুমহৎবাহুবে হ ছকই ?"

মাধবীনা পুকনীং হয়াওনা 'ওসিদো ইতা অমা ফ জরে। ইতা অদুগা ঐগ মডি লৈ জবদো মতম কুইনা ফংহনবিনবা হায়হনা লাই খুরুমজরিবনি' খুম্মকই।

মাধবীনা হয়াওবা উবাহদা কুন্দসিং ইমুন মুনখিহনা মাঙ্গোন্দ কমলিবা তমুবীনচিংবা অহুংহুবু ফাওবা উথদরে!

মতং অসিব মাঙ্গোনগী নাকথদা অল্লাদ তোংলিবা ওেনরানা 'চে চে' কোরগা 'ভজ কৃষ্ণ কৃষ্ণ চৈতন্য' শোল্লকই। তেনরানা 'চে-চে' কোবা তাবদা লন্তা ফগ্না ওমখিনরে মাগী চানবা খরা হাপনিং-বনা; অচৌবু মুমিৎ অসিগী ঈরাং মচা অসিদা লন্তা হাগৎপা ওমখিদবরগী তেমগেং কম্না কী শাথরে। তম্না খচবী মমানা লাইদা কৎগ্রনা চু মতেক অমা তখোক খোকতুনা পোম্বীগী শরুক তরখরে। হয়াও

মথোই কারবা কুন্দসিং ওমাং মতৌন্দগী চংশিল্লক্কনা মাঙোন্দ ফমলিবা ভমুগীনচিংবা অহমবু তরাম ওরাম্না', 'ইচনখোই মরাম লাকপিরি এঃ পোং-চৈ য়াম্না পুবিরক্লগাদেনা' হায়রকই।

ভমুগীনা, 'কিরিস্তু য়াওরবপা নংন্তা' খুমই। তাদক অসিদা পোম্বীবা মচিন্দগী চু মচেং অত্ত খানশ্লগা হন্না হন্না 'চে চে' 'চে-চে' কৌরগা 'ভজ কৃষ্ণ কৃষ্ণ চৈতন্য' শোল্লকই।

হন্দমুক 'চে-চে কৌরকপা তাবদা লতা ফক চৌগংতুনা পোম্বী ওম্না লাক্কে তৌরকই; তৌইগুম্বস্তু মিংয়েং হন্থরকপা মতমদা ফমলিবা মীশক অতম অহবু উন্দা মঞ্জ লুপ্তুনা লতংপা শনশিন্নহনা লৈখি। খৌদৌ মতা অসিদা রাখল কুপ্পী মমনা যাকোন্দগী অক্লা লোপরগা মচাগী য়োংখমদা য়ানশিনবিকরে। লতাগী মনাক চেক য়োবদা পোম্বীনা মসা ফজোকতুনা 'চে চে' কৌই। লত্তাবা মকোক্তা তপ্না নানবিরগা মাগীদমক্তা শিল্লক্ত খমলিবা ঔরাখবী অমুনবা মচেৎ অমা পিক্তবদা হরাওনা চাতুনা তুন্নিন্না লৈখি দৃশ্য অসিদা অমস্ত অমস্তু রা অমতা ঙাংনদনা ওহাক ঈটিক হম্না লৈনক্লরবা মতুংদা মখবীনা অনৌবা হিদাক অমুক হন্দোকউহনা মপুরোইবগীগা লোইননা লানশীল্লরে।

হাম্নরা পীসিরা খন্দুনা লৈবা কুন্দসং ওসিদ হরাও মথোই কাখিবনা মহাকী পুকনীংগী রাখল কাংখোকপা—হৌরক্লি 'ইচনখোর মরাম লাকপিরিবাস ঐগী পুকনীদা য়াম্না নুংঙাইজে। ডসিদি ঐ রা অমা হাইফেং কোংবোকচপে। মমাগীদি খঙদে. ঐগীদি অঙাং অনি অসি পকপু পক্লরম্নবদি পীরসির, খজরি।

মতাং অসিদা মাধবীনা 'নংহা পাজীগী পুকনীংদা ঐহাক্ত ওইকম থোকই' হেক হায়রকই। মাধবীগী ৱা অদুগা কুন্দসিনা 'মথোয় অনি অসি লোম লৈনরগা মরাইবকচাগা থোকপা লৈরবদি ঐদা নত্তনা ইচনখোইস্থ চাংনরকনি ; মতুংদু নত্তরবদি ঐগী চিংনবা খোংহৈ-দোকপা লৈজরে। নোংমা খুমাংং অকবা অমদা মাই মথমথোয় লাওহনবিয়ু ; 'নপা ঐখোয় লোনন অমনি অমনি অচুক থমনবা" হায়রেরপদা তদুবা পুকনীং থুংডাইনা "অমুক চংনবিরবদগ্ ঈশ্বরনস্থ নোদমবিংক্লগ ন" খুম্মকই। ওহাক অতুম্মা ৱারী ৱাতাই খৎা লানগপা। ওমুবীনা 'নোমা থুমিং অকবা অদদা মাই মামথোয় লাকহনজরগে, অদুগা ঐখে য়স্থ চংনবিরিহে, পুকনীং থুংডাইনরহে অমদা হনজরগে" হায়রগা ময়ম ৱা ৱা নোকতুনা পুকনীং থুংডাইনা হল্লক্লে।

তদুবীনা মথুম খোরকপদা রামসিং খেরাগা ৱারী শাহুনা লৈরনই। তমুবা হেক উবদা রামসিংনা "ইচনখোইনা ওস চৎলুবদি করম করম তৌরকং, মতম ওংরকপরা ?' হংজকই। তমুবানা "ঐ সগী মঙোলগী ৱা পূমমক ওমজরগে' হায়তুনা মরোল পুমমক ওন্নে। খেরনা, 'করেদা ঈশ্বরনা থোজানবিরবন' হায়রগা রামসিংরোমদা ওনসন্তুনা 'নক্লপকা ঐগা নিংথোকাবা মুমিৎতা কোইথোকজরসি ; অদুগা মতা মমা য়েংহুনা কুঠি শিন্থ হায়জরসি" হায়রকপদা রামসিংনা 'য়ায়া করে মকপ ! নিংথোকাবা মুমিৎতি মুমংস্থ করে, থাবানস্থ কৈ' খুম্মকই।

মতাং অসিনা তমুবীনা হিদাক ডাম্বক অনি হংলুহুনা থমগা 'ওসিদি ঐদিনে কপম্বিংবগা লোইননা মুংশিবা অমা থোকখরে

মায়বা জীবনদো খেন্ন খেন্না উৎতানে। জীবন্দু মুংশিবা, কননবা হোৎনবা অমদি নিংবা হাযবা সাদ ঈশ্বরবু পেলহনবগী লম্বীনি ফাগনরিবনি।

'হোইনে তাদ 'তানবা' শঙ্কুনা মতাং চানা লাইষ হক খো'রকপা অদুদা ঐসু পুকনীং থুক লাওতুনা পি তাগে তৌই!'

'মম্না ফগৎরবা পুনসিনি হন্দকাসি মঙ্গল ওইরগনি নি ট ইবেম্মা।'

'তাদবু তসি চন্দনগা ঈচং লাংবা সবু প্রসাদ ফংশিজবরা?'

'ও সদো, ঐখোযগী মুপীতু থবক অমি চৎকদবা লৈবস্রদা তম্না ইরস্বা চাক খোংনেকঅম্মে, এক্সুংগু ইঙ্গায খো বাচুপ শাগ্রি-তৈনম্নু ক নে কংকোরগে হারম্রুনা ফনেংরক্লে ঐ থাইদোকপা চংকদবা থবকসু লৈতে, মেনগা কম্পোর অমগা পুখোরকউ ভুংজুনজুম লৈ-খোক্লগে।

ভমুনা মানগা কম্পোনগা লানশক্লররবদা মেয়ান', 'ফরে অদুদি নলপ। গোর্থজুনা লৈবরো। ঐসু নচম্না ইকজুনা চাক ঈশং হোংনরিরৈভদা শজিক কাকখোং অমত লোহোকগে। ভমুনা নও! কইশিং খোনবা হৎনকরে ওহাক লৈরবদি ভাগ্যসংসু মরমগী নাতন্না। চংখিবসু গায়জুনা হক্লনন হয়রনগা দাক্তোল পায়জুনা খক প্র।

ভমুবা চাক খোনব থোরাং তৌখ্রে। মী অজুদতগী চাকনিনা ভদুবীনা চাকদে ইঙীরকপা হাঙ্গদা লেনা অমদি ভাগ্যসা নবং মবং থুংলরে। মখোর আন ইক্লমাইখজজুনা কারকপা মতমদা ভমুবী চাকথিবা লোইজুনা তুংসাবোংদা মপুম্নোইবগী চন্দনউপু পাং-

দোক্লুনা থমস্লরে। মেরা লাইথুকথা লোইহনা ভাগ্যসিবু থিরকই। ভাগ্যাসংস্থ চন্দ্রনখিনবা লোইহনা মাগী কাদগী থেরক্লুনা গুমাং মাতোন্দগী চনক্রক মতেন থংলুরগা চংহুক্লুনা মহ যাম্মগা চাক চামিন্নরে। মখোর অনিনা চাক তোকতুনা মচিন তেংবা থোরকপদা রামসং মিকপ থোকতুনা লৌদেম্মকই। থোরেম্মকপা তবদা তমুবীনা হিদাক হান্দুনা থনমই, অদুগা মহাকস্থ চাক চাবা হেথরে। ভাগ্য-সনা মচিন-মথা তাউবগা চ ভুকপদা রামসিংবু তরান তরান কৌরমই।

মেরা চংভক্লুনা রামসংগা ফমিন্নহনা হিদাক থক্ মন্নরে। ভুহাক হিদাক থক্লুনা পোথরগ মখোয় অনি অমম কাইপোরকই মখোয় অনিনা শাডাক তারক্লবদা পাথ মচা অনি একাগডা অমদা ভুথুগা লাকই রামসং- মেরাদগী বরা হনগংলগা মখোয় অনিনা তেগ-ভকপা গাড়া অহু বড হৌদন তুপি। পথং অনি অহু হৌগংলক্লগা চেইরোন পারেন সেন্দুনা পাম্বেদ য়নরক্ল রামস এবা অনিনা থরা চশিল্লগা মখোয় অন অহুবু থানই। থরা ক চেম্বা চেই-রোন লোনবা পথং অহু-না "অহুদ, নভগী নথো কার দৈ?" হায়হুনা থাং মচা মচন তুথ অমা এথু রাইনগী শংভোক্লগা মহু উৎহুনা রামস তয়া চোংশিল্লকই। মেরানা খুংলৈ থুনা মথুক্তগী থাং অহু দৈনরে। মথুক্তগী থাং মুনয়বা পাথং অহু মেরাগী থকইদা লোংনা হাইথুথরে। মেরানা থাং অহু থুম্মো। থৌদোক এতা অহুদা অচৎ অহক পুক্নমক "কৈনে, কৈনো?" হায়েন পন্থনরকপদগী মনীং তরা কুন তরক্ল তিন্নরিব মীয়াম অহুনা পাথং অনি অহুগী থদক মতা অহু থরাথং বা হেম্মল লোহনা মখোয় অনিবু ফারগা থুনগী চৌকিদারদা ভাক্লুনা হৌনবী বিচার তৌনবা শীল-লাংথরে। চৌকি-

দায় নম্বর অমদি থুনগী অহল লমন তিন্দুনা পাখং অনি অতুগী মরমদা থম্লবা হৌগংলকপগা মথোব অনি অতু থংনবা থুনগী নত্তা ভু'ক্কো ওইরম্মে। মথোয় অনিগী অহল লমন হৌতল্লুবদ মপা অমি চেল্লক্নুনা হন্দক্কী তা'নফম অ'সংক্তুদি মত' আংগী মরান ড়াকপিম্ম, মপা ওইবা মথোয অনি হা'নবী রাকেং কচ্চপে হায়জরবদা মযাম্না "হন্দকমুক্তি য়ংবিব'স" থম্লদুনা যাবিরে। যেং'বিনা ময়েং'দিনি— মথোয় অনিবু অসিগুম্বা থবক অসি অমুক হন্না মতুংদা তৌজরবোই হ'য়েন্দুনা মখুংকী সো'তি লৌবগা থাদোকপ তা'ই লেপ্পতনা, সোহি লৌরগা মপা মপদা মচ মচ হন্তু শীম্নবে।

মতু'দা, শু'মং অমা লেপ্লতুনা থুন থুনগী ওইবা, থুম্লাম্লতুনা নৈ'রিবা থুন ম'ব মত্তা অ'সদ' হৌরক্লিবা নহারো'লশিংনা জাতগী চিঞ্জ'ক নত্তব, মহ'ক থকউ চা'করগা জ্ঞা'ন মংহনব, হকচং মা-হনবা নম্বা অতৈ কম্সু ওইদবা অসজুম্বা পোৎশক অ'সি থাদোক-হন্নবগী মড়িদ' মযাম চংতুনা হৌ'ংনব হাযনা সভানা লেপ্ল'র।

রা.রপ অসি তরা মতুদ কান্না কৌবা হজল অমনা মথাংগী মফমদা "ভু'সিগী সভা'না লেপ্লখ্রিবা রা'ফম অসি অকন্নবা গুনিং অম-দগী হে'ংনবদা মইপুননা হাৎনবদোবা মঁশক থরা ওন্দুনা কা'মটি অমা ভু'সিমক শেমহৌবনা ফগত্রা থৗক্ক" হায়রগ মহা'ক্কী রা অসিদা ময়'ম মে'ং অমত্তা ওইনা 'চুমহ' লৌনতুনা মী তরুক্লা শাবা ক'মটি অমা শেম্লে। ভুসি শেম্লিবা কমিটি অসিদি নক্ন্যা থুন অনিং ভগী অরাকপা মীশিংগী মন্নু'দা শম্বা ওইবনা ক'মিটি অ'সনা লেম-হৌরিব থুম অতমদগী থুলগী ওইনা মী অহুম অহুম অমুক লৌ-শিন্দুনা মী ১০ শুহনবা হায়না লেপ্পরে।

য়াংশং লোইখিবা মতুংনি। নিংথৌকাবা মুহিংনি। অয়ুক্কী মতমনি। লৈকাই খুদিং চাকচা লৈজানবগী পুমনোম নৌন্নী। লৈশাবী কাংবু কংবু লোক্কা খেনা লৈলা পালা কৌবগী কোইচং হৌনি, রা তাথোক তাশিন তৌনরি। লানৌ কাংবু কাংবুস্থ মচু মথল মংফলগী শীংভেল লৈবাং চৎস্ন লৈকাই লৈকাই খুদিংগী পুক্সীং মকা লম্নরা খোইকুম মোংমোন শাংপবু মিতাহৌবা নানবা চংনি পকনি খন্তদনা কোইচেন কোইচেন চেন্নরি।

লমিংগুম্রবা মতমসিদা কনাগুম্বা লৈশংবী লাইরম্মুক্তা ওইজবী, চাবা শেংপা পিদোনবা, মমংম্নবী কা মুশকং শেম্নং পুবা ভুমদবাদি শম্বন-শয়াদা লেপতুনা মমংম্নবী য়্যাংগী মতৌ মুনা য়ক্কনি। মচাগী মতৌ উরগা পলেম মমা লইরবী যেংভুমদবা ওইদুনা থম্মোইমুংদা তেংথানি।

অভুকপনি, মতম মাগী ঈচেলসে! মাগী ঈচেল ঈমুংদা ঈচেল কয়া ফাংগ্রবা ঈচেল পুদ শীংথাবা কনাগী শক্তি ওইগবা।

মেরা অয়ুক্কী নোম লিক্কদবা খরা নেমলগা ঈরু মাইথক্তনা লাই খুরুমলগা মফী মরোন শেংতুনা ফমকমদা হিদাক থক্কুনা রাম-সিংবু ভাগরি।

রামসিং হায়নপিবা খোইদবা মীশক অমা ওইবনা মতম চংনা থুংলরে। রামসিং থংলবদা তমুবী ভাম্বক পামখৎতুনা ইমুং চপে হেক তৌই। মতু উবদা রামসিংনা হিদাক থক্কমসি, থেংগ্রগ ফক্তে

হায়দুনা মরুপ অনি কুন্দসিংগী তংগ্লা যাত্রা তৌরক্লে। মুমং অসিদা লাক্লনি, হায়বসি হাপ্পনা খঙনবা ওইবনা কুন্দসিংস্থ চখোক্লনা লৈরম্মি। মেরা অমদি রামসিং যৌরক্লুবা কুন্দসিংগা উনরে। মখোয় অনি ভুহৎক ফমদুনা রা অগা অমা ভাংনববা মতুংদা মেরানা কুন্দ-সিংদা মচংমুপীগী কুমী পিয় হায়জখি।

কুন্দসিংন—নক্ক রাস্তনবা যেংপোকপিরুবদা পোৎচেকপা অকায়বা লৈতে; অদুগা ঐগী উচাপ্পী অসি হক শিবনি হায়বা অসিমক্তি মতম খর ভাইবিখো। মরমদি ঐহাক্তি অনা অমা অয়ুম লৈরিবা অসিগা ঐখোয় অমুক্তা চঙিন্দুনা থরক্লবগে, হায়দুনা কুমী পুংশক-ফুনা মেরানা শিন্নরে। কুমী লৈতে পৌবগা ঐখোয়গী লমগী উমঙ ওক্লা মেঘগা, থুমোন্নবদা লৈবা নোংমাংমগী ওখা পুরকপা পাংজি অনি অসিনা থেংজকগে। পাংজি অনি অসিনা তরু হিকপা নেংকা লোয়নদা কুমী অসি মরম মথান্দি লৈবা শিগনক্লে, অদুগা অসোন-নীস্থ অরেপ্পা রাই অমা তাবিবগো, হায়দুগ মেরা, রামসিং অনি লোয়রক্লে।

মখোয় অনি মস্রন লাকপদা মেরানা তপস্পা—"ভ স ঐখোয়গী মরুপ কুন্দসিংনা হায়থোক্লিবা ভান অসিবু কব ওইগবা"

লোহ্লকপদা রামসিংনা—"কবিস্থ নত্তে মরুপ। অহা তৎসাবা খোক্লনবা অদুক্ত হায়রনি। পিরোইমৌশ লৈরবদবু করম্না কুমী পিরক্লনি? অদুনা কবিস্থ চিংনফম লৈতে, চম্ন নিংথোল খাক্তবা হায়নসি অরাই তগেকপদি নম্বনিনা অত্তক ত্তানফম থেংকপগী হায়জনি।

রারীসিদা মখোয় অনি মুংডাইমিন্নরুনা মেরাগীদা যৌরকলে।
তমুবীনা হিদাক হাল্লুরুনা লাল্লরে।

রাম সং— কুট্টা পুরক্লে ইচন, য়েন্থ য়েংখোরক্লে। পাঞ্জি অনগী লেংচপ মাইথ্রে, ইছুনসু পীরকই। পঙ্ক থাইনবদা আনিদগী হেন্না পক্লগা লৈত্রে, থ্রাঙ্ভাদি কৌরপ তৌই হায়রকই।

তমুবী— থারা ইবৈ লৈতবদি নত্তেননা ভাদা ?

রামসিং- অহুমক্ত নত্তে. মশিং কয়া য়াম্মোক হায়বা রানি।

তমুবী— অদুদি লুইদা ভাদা! মুপী ভাক্তা অনি অহুম পেক্লগা লেপথোকপ্রবদ কমদৌবা……? এখে য়ুগীদি নিপা দ মত্তেমতানা।

রামসিং — মহুগী রাদি এখোয়না খঙউবা ঙমদ্রে, ঈশ্বরগী নোংদমদা লৈখ্রে। অথুগা হায়বু রায়নরবদি নিপা ভাক্তা অনি অহুম পেক্লগা হেক মথৈদো। এখে য়গী রানি কলিদা চারাম পোক্লগা রাননবা নত্তনা অতৈ করম্ন লইদে। মশিং য়াম- দ্রবদি মখোয়গীদমক থর খিং নীংখিনা থম্বিরম্বা ভুমইদো; অদুগা রেডিওনসু অত্তাং অহুমদগী হেন্দনবা প্রচার তৌরি।

তমুবী — চুমইনে. অদোমনা থল্লুরবদি ভাদনা ভাকপীবা। এখোয়- গীদ নিপাদি মত্তোমতনিনা অহুক মওন মওন থল্লুবনি। খোল্লনলগা হিদাক কমুক হাল্লুরুনা লাল্লরে।

মরুপ অনি অনৌবা হিদাক অহু হক্কুনা অতৈ অতোপ্পা রা থর' ভাংনরবা মতু দা রামসিং মথুম হনখ্রে।

থারা কৌরপ তৌই হায়বাসিদা মেরা মপুকনীং কয়া লৈতাদে,

চিংনরূপ ভৌই। মহাক মখোঙ মখুৎ হামদুনা চাক চারগা লৈকম খণ্ডদে; মফা মরোল শেংলগা রামসিংগী তাম লাক্লে। মহাক্না থুংলবা মতমদা রামসিংস্ত চাব-থকপা লোইদুনা শুমাংদা হিদাক থকতুনা লৈরমই। মরূপ অনি কপ্পিররে। হিদাক হান্নকতুনা মেরা হিদাক থকল্লি। রামসিংস্ত মেরানা খল্লিবা রাথল অদু খন্দুনা লৈরম্বা ওইবনা 'ইতাও, পুন্সিগী রাকম অসি মুংদি মুংঙাইরে হায়নবু খজিক্কুং চিংনিঙাই ওইবা, মশেকথাংবা রাকম অমা য়াওবসি মুংঙাইখিদ্রেদকো ঈশ্বরনা করি তম্বিরগবা, খণ্ডদ্রেদকো ... ... ... ?,

মেরা—চোইনে ইতাও, ঐস্ত লৈকম খণ্ডদে, রাকম অসিতা নিংশিংদুনা লৈরে ইতাওগা উনরগা, রাগী-রাতই শারগা খরা কাউগত্রা খন্দ্রুনা অয়াম্বা লাক্লবনি। ঐনা হায়রিবাসে অওইবতনি, খণ্ডদ্র ঈশ্বরগী নোংদমদা তারে।

রামসিং—'যেমনি নাতাও তেমনি নাচি' হায়বাদুনি ইতাও! ঈশ্বরনা ইস্তোকপা নস্তনা তাইবং মী ঐখোয়গী করি গতি লৈরগনি ইবুঙ্গো মহাক্কী নোংদম মতুং ইন্না লৈজবা, চচবা হায়বদুনি!

মেরা—মানি, মানি ইতাও, মদু নত্তনা ঐখোয়গী করি গতিনো!'

রামসিংনা ত্রাক লৈরবদি শনগাররকপা মতমস্ত মওইরক্লনি, অসুম কমদুনা লৈদৈ শকক হয়া-চাবা ওইনা লবুকলোমদগুম কোইথোকসি হায়দুনা মখোয় অনি লবকলোমদা লাকই। মখোয়না অসুম হাইথরকপদা কুন্দসংদু শামুক লাবা মচা অমা থৌড়ি তংদুনা চেনখিবা তায়রকপদা কোক হেক থোনক্নরে। শমুক অদু ফাবেদা মেরা রামসিং অনিনা মত্তেং ওইদুনা

কনিয়রে। থবক অসি মচা ওইরবসু ভান অমা চানরুবনা কুন্দসিংগী পুকনীদা মুংঙাইবা অমদি অপেনবা অমা পোকখি। শম্নৌ অদু তোইদুনা পুখিবা কাওবা মখোয় অনিগী মতেং য়াওদনা রাগদোবা উবদা মখোয় অনি য়াওসিন্দুনা কুন্দসিংগীদা থোরে

কুন্দসিং — ওসিদি মরুপ অনি য়াম্না রাবিখরে, খুদোং কাম্নুখিসি।

মেরা — ঐখোয় থকচররোই, নিনি হুমনি লৈরগা অমুক লাকচগদৌবসু লৈরে; অদুগা ঐখোয়সু শল-লোক লোইশীল্লমদ্রি। নিপা মচা অমো ঐখোয়গী ইংখোল্দা হুখেলবম্ন কোয়রি, অদুনা শল লোকশিং অদু হৈচই চাইরম্ব্সু থওদে।

কুন্দসিং — য়াম্না মুঙাইজরে। ওসি মরুপ অনিনা তৌবিখিবাসে পুজগী কাউজররোই থবক য়াত্রবনিনা লেঙবিবা তারেদন!

রামসিং — তাকপিরিবা রাইহে অদুদা হেক্না পেঙ্গার লেঙশিল্লে', ঐখোয় হন্নরে।

মখোয় অনি লবুক শমদুনা প্রপ প্রপ লাকপদা শল লোক লোইনা কাখিরম্লে। মেরানা সন্ধ্যাগী লাই থুকম্নগা কোইথরক্লে হায়রমই মখোয় অনি ময়ুম যম্নমদা চম্নরক্লে। মেরা ময়ুম য়ৌরকতুনা শল-লোক য়েংলগা মখোঙ মথুং হামদুনা মচিন মরা তেংলগা কখেং হোংদুনা বুন্দা থুকম্নগা নাম শোল্লে। নাম শোনবা লোইরগা মকী হোংদুনা রামশিংগীদা তাম্না লাকলি। রামসিংসু নাম শোনবা লোইদুনা কমকমদা কমদুনা লৈরমই। মেরা তাম্না চানা য়ৌরকতুনা মরুপ অনি কম্নিয়রে। রামসিংনা ৎকে তৌরবা হিদাক অদু মেরাদা দৈ চাকসকউ, লানশীল্লি।

মের—(তিদাক পক্ক থক্কা) মরুপ। ভুসিনি ঈশ্বরগী পৌষ্টনশিন্দগী ইচিন-ইনাওনা ঐখোয়গী পাইসেন ওইগদৌরিবা কুন্দগী মতেং মচা অমা প'থিবাসি তাং চাগ্রে।

রামসিং—ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বা স অসিনি মরুপ! লেওই প'ল্লিবা সংসার অসি ইদুক্কেডা মহাক্কী খুৎমদা লৈরিবনি। তাইবং না ঐখোয়না 'ঐনা তৌ'রি' 'মানা তৌবনি' অহুম্বা খল্লুদগী অরাংত ঐখোয়গী শকও ওইহুনা তেক্লিবনি। ভাসগী সবু ঐখোয়না শীন্নবরগো ইদুক্কেডা মহাক্না মনাহ অনি অসি চিনব। রাজন অমনা বারে, অরাবাহু কেক্লব। শীনাবরগে হাংহুনা তাংন চাংহন্নিবনি। ভাংস কুন্দসিংনা পেনখ্রিবাহুবু কদাইদগী হেক কাউপোকপা য়াগদগে!

মের—হোইনে মরুপ। ঐহু অহুম্বা খল্লি। থবক অতু য়াংগ্নক অচৌবা নত্রবস্তু ইচিন-ইনাও ঐখোয় অনি থেংনরমদ্রবদ মহাক খরদি রাক্ষম থোক্লদে হায়বদি শাহুক অদো শমৌম্নু ওইবা, ইনথংলক্রবা লাব মচানদে!

রামসিং—মানিনে মরুপ, মতমনগা সম্বা ওটশিন্নকদৌরনে, শাযুক্নগা লাব মচা মপাংগল ইনথংলকপা ওইরনে, তাংগা অহুদা ঐখোয় অনি থেংনরমদ্রবদি শাযুক অতু কাবা ভুমহৌদবা অমা নত্রগা কাবা থেক্লবস্তু মমুগ তাম্না পুনদি মতোমতনদি ভুম্বরোইদবনি। অহুবু ঈশ্বরনা ঐখোয় অনিবু মতাং চানা থেংনহন্দুনা মহক্কী মতেং অমা ওইথ্রিবসিগা ঐখোয়না হোৎনরিবা লম্বীদা মতেং থবদি ওইরনি, নিংই। মসি ঐখোয়না শীন্নবস্থু নত্তে ইদুক্কেডা

অহু তাবদা তমুবীনা, তাদসি রাদবু থয়া পেৎলি হায়বদনি, মপুক মপাও মবুষ্কিদি লৈখ্রেদকো তাদসিনা ঙাংখোকলকপা রাদ থম্নিঙাই, লৌনিঙাদে হেক ওই, খুমকই। পাউখুম অহু তাবদা মেয়ানা, 'লাইরিক লাইগী মখিৎতা উবা, মীয়াম খেংনবা, সম্ম তৌবা মীশকনিনা কদিগী জ্ঞান লৈতনি! মাগী হায়ববু ময়ুম লিংবা ওয়বা চোকসিনবা কৃপচবতনি অকায়বা মী নত্তে, য়াম্মা মপুক খেংবা মীনি,' হায়রকই।

মেরা চাক তোকখরে। তমুবীনা চাক চাক্রিটৈঙদা চিদাক নমহুনা তিকি এমখিন্দুনা লনমই। মেরা মচিন ময়া থেংউরগা হিদাক ডাম্বক অহুমা থক্লগা ভুমথরে। তমুবীসু চাক তোক্লুনা তমোং-অকায় লোইখিলম্লগা মথোঙ মথুং হাপহুনা হিদাক ডাম্বক অমা থক্লুনা পোথারগা মাগী য়াফিপকমদা চংখরে।

বারুণী মতু' হুমনি কোনবা ঈরাই সুমিৎ'ন। সুমিৎ অসিগী অমুক্তা মেরা রামসিং অনিনা কুঠা পিল্লক্লি। মখোয় অনি স্নৌ-রকত্রিটৈ মমাংদা কুন্দাসং চেত্পা য়াচব। থবক অমা লৈবদগী থুনা ইল্লকনি হায়রমলগা চখোকখিরমই। মখোয় অনি তৌরকলবদা মাধবীনা কীদা খাতুনা মাঙোম্পা ফমহল্লে। মাধবীনা হিদাক হাল্লু-হুনা লানখিল্লগা মপুরেইবনা হায়দনা রাহু উমলে।

চিদাক অহু থক্লগা মেচানা অতৈ অতৈংম্পা মরম খোইদোকপা লৈতে, হায়রগা কুঠা অনিহুগা, পাম্জি অনিনা ইরকপা মরোল অনি অহুগা মাধবীদা পীরগে। সুমিৎ অসি ওজা রামসিং মশা করা সু'ঙাইফাত্তে; অতুনা মখোয় অনিনা মতুংদা অমুক উনবনা কয়নি থমহুনা তম্না চল্লকলে। মখোয় অনিনা হনখিবা মতুং ওহাক

লৈরগা কুন্দসিং য়ৌরকলে। মাধবীনা মরোল পুন্নমক পাউদমদুনা চে অনিগা লোইননা কুঠী অনি অহু মপুরোইবদা লানশিল্লি।

কুন্দ'স' হিদাক ঙাম্বক অমা থকপা অতে'প্পা পাঙ্গি অমদা ঙনচং চংদুনা য়েংউরে। পাঙ্গি অহুনসু নিপা ময়মনা য়েংউবা হাম্মরকপগুম্না হায়রক্লে। রাকম অহু মখোয়গী মড়ি-মতা নকবা মরামগা য়াম্না নৈনরবা মতুংদা থারা কৌরিবাস সুপী নিপা অনিমকীরা কনাগীনো হায়বসি অমুক হন্না য়েংবদা লেপ্লরে। হন্দক্তি কুন্দসিং মতৈ মনাও চংদুনা হৈতোপ তোপ্পা পাঙ্গি অফাওবা অমদা অমুক য়েংউবদা, পাঙ্গি অসিনা— "সুপীমচা অসি নিপামচা অসিদা পীবনা থাইদগী অফবা ওইগনি। সুপীমচা অসিগী পক্কবা নিপা থিবা থরা রাগ'ন। থারা কৌবদো কৌজসনু, হৈরে লৈতবা নত্তে, প্রতি-কার তৌহন্নু" হায়রক্লে।

হন্দকী পাঙ্গি অসিগী য়োং অসিদা কুন্দসিংনা মেরাবু নোংমা সুমিং অফবা অমদা কোইখোকপিরক্লবা পাও চেল্লকলে। পাও অহু হেক ফংবগা মেরানা রামসিংদা পাওদয়ে। সুমিং অমা লেপ্লদুনা মখোয় অনি লাকদৌবা সুমিং অহু থগুহনথরে। হায়রিবা সুমিং অহুদা মখোয় চংথিদুনা কুন্দসিংগা উনরে। কুন্দসিংনা মচাসুপীবু ভাগ্য সংদা পিরগে থম্মরে হায়বা রাকম অসি কাংথোক্লে।

মতাং অসিদা রাঙাং হৈবা রামসিংনা— "ভাকপিরিবা রা অসি ভাবদা য়ম্না সুংঙাইজরে। হৌজিক্তি নচাইবেম্মা অসি ঐখোয়গী নিপামচাদা পিরে হায়বা তাংদাংবা রা অমা ভাকলিংগদৌবা সুমিং অমা য়েংবিগদরা? সুমিং অহুদা ঐখোয়না কমি কমি তৌবা হৌনবা

মরোল পুম্নমক খঙহনবিনবা তৌবিয়ু” হায়রে।

কুন্দসিংন— “ঙসি ঐনা মরুপ অনিগী মফমদা কাখোকচরিবা রাকম অসিদা চিংনবা থম্বিয়ু, লুহোংবগী মুমিৎ ফাওবা অনি অহুম খোঙ্গা য়েংহুনা থমজরবনি। অদুগা তংোইবা হায়বদি অয়েম্বা রা অহু হেক হায়বা অসিদি মতম অসিগী অতুক খঙ্গুবনি। ঐগী ইচাম্নুপী অসিনাক্তি খোইদোকপা অকায়বমক্তি চংলব্রোইদ্রা খঙে; অতুমকপু শইন্না কুপ্পা মীওইবগী হকচংনিনা তম্বা ঙমদেদে; অতুনা অমসু অসু কংহুনবা, ফননবা হন্দুনা থংখাঙ অমন্তা থমজরনি। ঐ মতা য়েংহুনা মরোল পুম্নমক হেদেকপা তৌজরকে।” খুম্মদা রামসিং অমদি হেরন— “লাকপিরিবা রা অহু যংম্না ফজবা, অচুম্বা রানি, ভব তাকবে” হায়রগা মখোয় অনি হুমবা তৌবগে খঙহন্নে। কুন্দসিংনা খোজন ফাও হন্দোরক্লুনা মখোয় মন্নম পাইক্লে।

মখোয় অনিন থংলবা মতমদা তমুনানা খুৎসে থুনা হিদাক হান্দোরক্লুনা— “ঙসিগী অনৌবা পাওবু করম করম তোরকপগে?” হংজকই।

রামসিংনা— “ঙসিগী পাওদি মুঙইবা ওন্দুনা চিনবীংজাই খোইদোকপা লৈত্রে। হৌজিক ঐখোয়না তুমিন তুমন শাংসিনদোবা হোৎনগদৌবা হায়ববু য়াঙংশং অমা শাগদনা, নত্রগা লৈরিবা মুম অসিদা শেমজিন খোৎচিন্দুনা অমুম্মক হোৎনগত্রা, অদুগা অনুং কাখোম্নচিংবা লাঙদৌবা মঙায়রে।” খুম্মকই।

মেরানা— “মুনদি মহাক্না লৈরিবা শংভপ চসিনু মরা কায়না চাওবনিনা মসিদা ঐখোয় অনি হোংজিন্নগা য়ুমজাও অসিবা লৈহনবা হায়বহুনি” হেক হায়রকই।

মখোরগুম্বা লৈশাবী মখিং য়ামজ্রে। অদুগা হৈবেন্স। মমাদো য়াম্না হৈংই, ভম্মী। অত্তুননি মচা করিবা। সসারবদা লুইদুবা হায়বসি মধা ওইবী অসিনি। জগৎ অসিনা মখিং লৈখ্রিবা মীশক ময়াম্বা মমা অমবা ধর্ম্মনীতি কায়দবীগী মচা ওক্তা ওইনা ভোই। হায়রিবসি শল-লাক্তস্ত অত্তু মওই। মমা ওইবীনবু মচা কুংশিরবান ভায়ধুনা মচাগী মরানবু য়োমশিন খোচ্ছিন্দুনা লাক্লুবা, মচা অত্তু নৱাবা, সমচেনা শোইজ্রে। অওংনি পুকনুংঙ কুংশিগদোবান। মপাঙ্কোংদনি চৈরাক য়াম্না কনবা; মসি ঘাই য়াদে না খিনা খওহনবা, মসি মমা ওইবীগী মথৌনি। করিনা মচা হায়বসিদি পোকত্রিবৈদগী ভৌনা মমগতা মড় লৈননা অমদি লৈমিন্নহুনা লাক্লবনি অওংনি অওং ওইরিবৈদা শেংচোগনবনি। পুন্সিগী মনুংদা অভাং ওইরিবৈ মতম হায়বসিদি অপেৎপা লৈভানগুম্বনি। অভা না মরাল মচা মচা ভৌরুবদো মমা ওইবীনা মন্তু য়োমশিন খুংজিন্দুনা থমদব, খুদক খুক্তা চেক চেক শাদোকপিংহৌবা, অমুম্বা যোকশিংব্রুবদ পাংখোই শোইবোইনা ইবেম্মা!

মতুনি নত্রে চৌজিক্কীদি— মচাগী মরাল শেদোকহৌগদি চাংরত্রহুনা মচা মচাগী হাকচ চংনদা মচিব মনাও কাওবা য়ুম্মানবা য়াউরে; খুৎন-চৈনরসু, মীগী চৈ লৈবু থদৎ খোদংলুরসু কনাই নদাইগ চায়বত্তু হংনহুনা মরোল অত্তু ভোদোক্লরগা মতুংদা অমুম্বা থবক ভৌবা য়াদে, খংনবা য়াদে, অকাম অপেৎ লোমবা ভৌইদে হায়নহু থবকা ভৌহুনা

কিহন্দূনা থুঙহনহৌরবদি ঙেক্কো! ফগদবনি। হৌজিক্তিদি অঙাং থৈনরে অচুম অরান বিনদে, মচা মচাগী হাকন চনহনা চোংথোক্লব', অহুপা মচা অহনা অকামপেং লৌনে নোংকুনা অচুম ঙাবা, মীগী থৈ থৈ থুদেকউরে অঙাংগী হৌনবনি, অঙা"নবু ক'রি থঙনগে মহায়বা, মচাগী মরাপশিং অহুপা লেংহনা অচুম্বা শানবা ল'রুবা— অসিনি হৌজিক খ'লগী মমা ওইবী অয়'ম্বগী মচা মরোক অসি। চ'য়ে'ক অ'সিনা মচাশিংগী অফবা পুরকপরা হায়বদু অহে ইনহুম মাংননবগী মশক ওই। ঐনা হায়'রিবসে ইবেম্মা, ঐনা লানবা ওইসম্ম, অইং-অপা অমদি অথওবা শাবগী রা নরে।

তমুবী— চুমপ্রেদা ভ'স ঙাদনা ঙাকপীরিবা র'সে— মম্মগী মশক ঙাক্কনি।

মেরা— মপাগী রাদ "লুহোংবগী মুমিং কাওবা য়েহনা লোইরে" হ য়বা অমম্ম পল্লকপদ'হৈনে হৈঙাও!

রামসি — চুম্মিনে, ঐনা অশ'ংই-থৈ পাওদম্বদা অসিমদি ইচিং চিংবরি! অহুমকপু হৌজিক কাল অ'সনা ক'ন্দা অমা ওইগ্রবসিদা লুহোংহনা য়মদা হেক য়োরকত্রিমথৈ ঐখোয়গী থবক ইনথাং নোংমশিনপদোবা পাংশিনগদোবা অহুত ভুমিন তুমিন মতম ঙাইবা ওইনা লাংশল্লগা লোইরে।

তমুবী— মানি মা'নি ত'দবু, ঙাদনা ঙাকপীবগুম্মা থৌরাং লোই-শিল্লগা লোইরে, অমম্ম অমম্ম ইকায় কায়দবা। মঙাং অসিদা

মেরানা— "লুহোংবদা বাজা'ই খোংবা অহুপা সঙ্কীর্ত্তন মরাইদা কোটো

নথনি হায়দুনা খোংগ্রাও উপতুনা ফাও চংনবা অমা চৎনরক্লিবসি ঐনদি ওস্মোক্লা পামখদ্রেদা ! মসিবু য়াওদবদা কয়াগুক অকায়বা লৈগদগে ?" হংজকই ।

রামসিনা 'মসি মরুপ ! অকায়বা কায়দবগীদি থেইদোকপা লৈরমলোই, চৎনবা অমা ওইনা অমুম চৎনরকপগী রাতনি । মতমগী চৎনরকপা হায়বসি য়ম্না শুধরে । কখন চৎনরক্লবা অদুবু থবং হেক ককথৎলুরবসু অরং অরা তাই অদুমকপু থৈবু অনি মেন তনা ভংনবগা হায়নববদি করিস্ত লৈতে । দৌবু অনি শুরি-বনিনা অমত্তগী মোক্তনদি হেক ককথংপা ফাত্র ; মক ওইনা লিপা য়যুম ঐখোয়বদি দুপীমথুমদা চংকদৌরিবনিনা ঐখোযগী মোংতনা যদে । মখোয়গী মোংকা ঐখোয়গী মোংকা অনি চুংশম্নরগা হোদোক্লবা তাই । নত্রাদি অকাযদসু লাকপা য়াই । লুহোংবা হায়বসিনদি দুপী অভাগী কুমৈ অসু শইরিবনিনা মহেৎগী হুপাম্না থরম্ন যোংবিদবা য়রে" হায়রকপদা মেরনা — "চৎম্রিন মরুপ ! মতপকা তানরগা মরম পূর্ণনক অসি বুক্তি লৌনিং থোকই, অদুনা হুন্দকী নচাগী থবক অসিনা পাথোকতা ফাওবদি মরুপতা রাই থর চিনবা তারে । মসি রাইচিনবরোমন লৌবিস্ন, নচাগীনি হাপনা লৌবিয়ু" হায়রকই । রামসিংনা— "মরুপনা দুশিবিদুনা তাকপিবিবনি, ঐনবু করি থগুনা...... । ঐ করমত্তা রাশ খোৎপা লজরোই : ঐগী হয়রবু অদুক চত্তবা য়াদব। লাইরিক হায়বগী নিমন্ত্রণ লাক্লগতনি ; মত্তসু হৌজিক অসি থর লৎপা মতমন । মরুপ মপাং দুংশিনবা শিম্নবু অসিগুম্বদা মতেং পাংনদনা করি কাম্নরি ! অদুদি মতম

অসি মুমিৎয়ুংবা মতু' ওইশিন্নক্লে, হন্নবা ত্তোবগে।" হায়জদা মেরানা থোঙ্গান কাও থিন্দোর'ক্ল। থে'ঙ্গ'ন্দা মথে'য় অনিদা লৈরবা মতমদা মের'না— "ঐ মু'মদাং ওইনা চথে'রক্তে, মরুপকা মন্নুংগী ওইবা বা অমত্তং তানগদনা লৈ।" হায়নহুন রামসিং চৎখ্রে। মেরা হনজিন লকতুনা ইরু-মাইথঙরগা লাই খুরুমহুনা প্রসাদ ফংলে। মত্তাং অসিদা ভাগ্য'সং অরাং ইংখোল শুকবদগী হন্নরুগা ইরুহুনা তুলসী-বোংদা চন্দন থি'ল্ল। মের' হিদাক থকপা লোইহুনা কমুংদা পোখাগ্নে। ও মুক অসিদা ভ'গ্য'সিং চাক চাবা লো'ইহুনা হিদাক ওান্নক অমা থক্লগা অরাং ইংথে'ম্লোমদা চৎকে থোর'ংলি। তমুবীনা 'থবক কন-মল্লে পোথ'খো, থামই। ভা'গ্যসি'না মুংথিল তুম্নপা মশা মুংত'ইত্তে, হৌজিকমক থবক পাযরোই, ই খোল য়ে'হুনা অস্রম পোখাকসে" হায়রহগ থোকখ্রে।

মেরা মিকপ মচা অমা থপেৎ চিংউরগা ফুক .হাগৎতুনা নোম লিকদবা থবক থর নোমথে'ক্লগা মখোত মথুৎ হামদোকহুনা মচিন-মরা তেংলগা মকী-মরেন হোংহুনা কমকমদা কয়ে। তমুবীনা হিদ'ক কা লানশিন্নরে। মের হিদাক থক্লা থক্লা ভগ্যসিংগী মরম হংঙকই। তমুবীনা নক্ষাক্তো ওহাক্তা পোথাবো থাম্বু মুংথিল তুমলগা মশা মুংঙাইতে, ইংখোলদা হিদাক থকতুনা পোখারগা থবক তৌরনি, হায়-রমলগা থোকখ্রে, খুম্মকই।

মেরা— কনবৌসিবা ঐগী ইষ্কাকসে— মন্নাম তিন্নবগী মরোল অমা, লৌ ইংখোল শুবগী মরোল অমা, থবক তৌরগা মোম্মগডা মহাকী মুংঙাইবা ওইবা, মশা কেনগত্রা মুংথাখীগ্রেনকো!

তমুবী— অদো, মাই মাম্মনা মশাগী থবা থরা য়েংনা শু, রামলপা
মশা শোক্লনি, হায়না জোনে চংনা অমুক্কা তাকপিয়ো।

"হায়দুনতা লৈরিবনিনে, খঙদেনে— মহাক্কী মপুরোইদা থবক তৌরগা নোম্মগন্তা মী ওইনি লৌবে, অদুননি মহাক্কা তৌরিবসে।" হায়রম্লগা য়েরা চখোরক্লে।

মহাক রাখল তৌনা তৌনা অসুম লাকপনা রামসিংগী থোঙ্গান য়ৌরক্লে। মতম অসি অয়াম্বা শল লোক কানরক্লবা মতমনি। রামসিংশু নোম লিকদৌবা লোইদুনা লৈরমই। য়েরা চংডক্কুনা মরুপকা ফাম্মররে। য়ুমগী মপীনা হিদাক হাপ্লকতুনা মখোয় অনি থকমিন্নরে। য়েরানা— হিদাক থক্লা থক্লা "মরুপ! ঐনা তাম্লিংবা রা অমা লৈরে— ঐখোয়গী মরুপ কুন্দসিংগী রাগী থল্লুরবদ লুহোংবা অসি কুইরবদা থা মরি মঙাগী মমুং অসিদা থেক্লরগনি, নিংই। মসিদা নশা কী য়াওংশং অসে, ঐগা নচনগা মানা লৈরিবা শতপ অদুদা হোদোক্লগা য়ুমজাওদা মখোয় অনিবু শংকুমহনবা তাবাসিদা করম্বা অকায়বা লৈরমগদগে, হায়নসিনি ঐনা ভাব তৌরিবা।

ঐনা থল্লকইবসি থৌগল্লোন অমদি ভক্তিগী লম্বীদনি, মখোয়বু য়ুমজাওদা শংকুমহম্লিংদবগী নত্তে। য়ুম্মুরেন্দি ঐনা থোকইদো, ঐ লৈনা লৈনা মখোয়না য়ুমজাওদা শংকুম্বা অসে মখোয় অনিদা করম্বা দোষ অপরাধ অমা লাকফম থোকপা?— ঐগীবুদি ফজনবা হায়বা নত্তনা করিগুম্বা রাখল অমত্তা লৈতে। শম্মা হায়রবদা ঐগী থরাইলগী হেম্মা মুংশিজরবা ঐগী ইস্নাক অমদি মাগী মুপীদা করি লাকদগে অসিগী রাতনি।

রামসিং— মরুপনা ঙ'সি তাকপীরিবা রাসি'দি রাম্না অর্থ লৈবা ফজবা রানিনা, মরুপ'ত্ত জ্ঞান লৈরেদা, অসিননিদনা মরুপ্না মীশক অমা ওইরকচবা। অত্তুদি মরুপ, মীওইবগী মপো'ক্তা লুহোংবা হায়রবসি প্যান্সগী লবুক্তা ক'হানবা থোঙদাবনিদো, অত্তুনা ঙম্মবদি অমস্থু অমস্থু ইচায় কাম্বদবা রাওংশং অনৌবা অমা শাবিরবদি রাম্না অকবনি, মসিদা মরুপকী খুদোং চাবা-চ'দবগী রা'দি খঙত্রে, করিনা হৌজিক অসিদা থ্বম মচা অমা হেক শাবা তাবদা খেলজোমমদি রা'মত্রেদো !

মেরা— মরুপনা ত'কপীবা চুমই ; অত্তুবু এগী'দি নংছু নংছু অস্থুম লাঙ্খচ্চরকপনা লোইদোক্না রানা থোক্লে'ই। মরং'দি উগী জাত্তা থ্বম মচা অমা ওকনা লৈজরে, অত্তুগা জ'জস্থু বান তরুক অমা লৈশিন্দুনা থমজহৌরে।

রামসিং— অত্তু'দি লোইরেননা, ক'বস্থ র' ন ঙাক্ত লৈ'ত্রে। হৃন্দক্তা মতাং অ'সদি ঙবদবগীনি পঙত্রে. ঙম্মব দ অনৌ অনৌবা লোইনা য়েংবিক্ন থোকপনি

মেরা— অত্তুনি মরুপ. য'ত্রা অম' থুনা হৃন্দুনা থা মমা অ নসগী মস্থু দা লে'ইনবা হোংনবা ত''রে। এস্থু মসিগী রাখলদা হপোং মচৈ খর খর লাংশিন্দুনা খম্মকপনা শি.মুং, পম্বা, ফক্রু'রাচেং ফাওবা মনিংগী শঙ্গোইদা লোইনা থমজরবনি। হৌজক লৈপ-দবা হায়রবসি রো'ংপী মঙাইরে, অত্তুগা অশামলপা।

রামসিং— নিস্ত্রিনা তোঁপদবা থব'ক্ত কুপ্ন ফাওদনিদনা, অতৈ থাব, খোংপ, তৈবদি এখোয় মমাম চংহুনা হোংনরগা লোইরে।

মেরা— মানি, খাব-খোৎপ-তৈবদি নিপাখচাগা ঐপা শুবদা কয়ানিবু চঙ্গবনো, মরাইনা লে ইজনি, অদুগা নোংমা-'ননিস্ত্র মরূপ মপাং মমামগী মতোংস্ত্র নিনী।

রামসিং—তৌজিক লাই চেপত্রিবনিনা খবক পুন্নমক ইয়া য়ারি, অদুনা হয়েংদো উসম ওজাদা যাত্রা হুনবা মুমিৎ অমত্তং য়েংখোক-পিরুরো।

মেরা— ফরে মরূপ, হয়েংমক য়ে'উরগে, পন্থগা য়বা খবক নবববনিনা। অদুদি ঐস্ত্র চংলগে।

রামসিং—ফরে লেঙ্গেঙা; ঐস্ত্র অস্তরাই ফাও লিন্দোকে।

রামসিং লৈহৌরে। মেরা মন্নম পা লক্রে। নোংঙাল্লগা মেরা যাত্রা পুংকম য়েংউত্তনা মুক্ষম শেম্বা হৌখরে।

---

( ৫ )

মেরাখোয়গী লৈকাইদা মেরাগী ইংখোলবগী মুন্নোন ভংেং নিপাল খল্লপা মাইরেঙ্গম তেম্ব কৌবা নিপা অমা লৈ। মহাক অসি মহাক্রা মশিংএ চৎপা, মীনা গুাংবা ভাদবা, মী খৎনবনা মথৌ ওইবা, মীগী ছিত্রজা ঙাংবা, মীগী শেস লৌহ্না র'চৎ-রা'নে'ন অমদি লৈনমংটগী চন্থু নিঙে'ল শেমদে'ক-শেমজিন তৌবনা জীবিকা ওইবা মীশকনি। মীগী খবক অমত' খোকপদা মথৌ ইরৈ লৈতনা অহৈ অপা শাত্নুনা ঙাংত্রবা, মানা হায়বা যাদ্রগা থুগাইনবা হোৎনবা মসি মহক্কী হৈনবী

লমচংনি। অস্নুম্বা তেম্ব অসি হন্দকী কুন্দসিংগী মচা মুপী থাক-য়োক্নবগী না অসি তাদি ত'রগা চংঙক্নে। মরমদি রামসিংনা তেম্বগী মচন লোই। মসেননিপানা হন্দকী থবক অসিদা থরাই য়াম্না য়াওবা উবদা মহাক চংহন্কবনি।

নোংমদি তেম্বদা খুন্নোম্নবদা লৈবা কারাম ভদ্রসিং এনাক খুনবগী মচানপা অতোম্বা, লমহেন-তুহেনবদা মনিং হাইযেং লৈজরবা মুহোনসিংনা কুন্দসিংগী মচা মুপী লতাবু মহাক্কীদমক শেম্বিয় হায়হনা মুপা ১৫০ পীংরে।

শেষ অহু উবদা তেম্বদো তেম্পক তেনসিনখহনা মসেন মবাই অমাদ কৈরোহ-লৈকাইগী রাখল কাউথরে। রাখল অসি হেক কাউথবগা মহাকা হেনবা শক্তি পুম্নমক পুথোক্নুনা লতাবু মুহোনসংদা পিবা ওম্নবা হোৎনগে লেপখ্রে।

তেম্বগী রাওং-শাওং তাবদ মুহোনসিংনা, খুত্না অসিনা লোইবা নত্তে' হায়রম্নগা চৎখ্রে।

মু মৎ অসি হৌখ্রগা অযুক্কা তেম্বা কুন্দসিংগীদা ঈশে ওংহনা ফাওরক্নে। কুন্দসিনা তেম্ব চংলকপা উবদা, মানা ওাংল শক্রবা তানিংদবদগী কোম্নোং ময়াক্কাও চেপ্নোক্নুনা 'তাদবু করি তাকপিগদৌবা লৈবা ?' হংলুই। তেম্বনা ''নখোয়' ইযুং অসিবু কৈরোই লৈকাই ওইবগী নোংক্কাদোক চৎখোরকক্কাও যাদবরা'' খুম্নকই।

কুন্দসিং—( তেম্বগী পাউখুমদা ) এঃ করি রানো তাদবু, ইথকথো বা ওইবাহুদা কিজ্জহনা তৌবনি, অহুগা লেওখোক্নুনা লেংখোরকপা ওইবগা।

তেম্ব—য়া অমা তানসি লাকপনি ; তানগদৌরিবা য়া অসি ঐগী কাম্নবা নত্তে, নখোয়গীনি। নহাক্না লাক্লপদবনি, অদুদা ঐনা ইসেননিপা রামসিংনা থরাই য়াম্না য়াওবাদুদা কদাইনো কদাইনো খঙ্গানদুনা লৈরবান !

কুন্দসিং—তাদনা তাওপীরিবা য়া অাসবু ননাও তাব অমা তাম্রি।

তেম্ব—করিগী তাব তাম্রিবনো মরম ওকপা, হায়বা চৎপা ইনবা মবুং অহমগী মথাদা নচাম্নুপী অমত্তং লৈববু মমা মপাম্নু লৈতবা মীনা য়োক্লুনা লৈবা পাথং অমদা থাজগে হোৎনরিবা অদুবু ল্লিনে ঐনা হায়রিবা য়াসে ! তাব তারব্রা থাজকম লৈতদুনা তৌরিব্রা ? মবুং অহুম মৌপম্না অমা ম্নুপা মরিগী মম্নুংদা নচা ম্নুপী অসিমত্তং য়াওবা, মথক মতৌম্নু য়াৎতবা করিনো ইনাওখোয়গী মতৌ অসিবো !

য়া অসি তাবদা লতাগী মবুং অহল চাওয়াইমা য়াম্না শাওনিংই ; অদুবু মপা মমা খঙবা মচা অমা ওটবম্না মপাগী য়াডাং ঙাইদুনা লৈ। চাওয়াইমনা তেম্বগী লমচৎ মুম্না খঙই। নহানমথৈ চাওয়াইমা মচন ম্নুপীবু মপা মমানা থাজগে নীংইবা নিপা অসি কম্না পাম-ফাৎতনা লৈবনি, ঙাসদি তেম্বনা চোইরোন থরা লোম্নবা তাবসিদা মপা-মমাগী মোৎলোমদা কম্না ইনগে লেপখ্রে।

কুন্দসিং—( ওহাক য়াথল তৌরপা ) তাদ, হন্দকীসি মরাইবক্না তাংপ্রবা হায়রবাদুনি !

তেম্ব—খাঙ্গৈশেংনা য়া লোইনদুনা পিনপ্রবরা ? মদুমক নজ্রবদি

মুম্না অমুক্তা খন্নহৌসি থবক অসি মুপীগী দি অরুবা থবক্নি, অনিরক থোক্পা য়াবা নত্তে, নিপাগীদি লায়।

য়াফম অসি ভাবদা মাধবী য়াথঙ্গ অমা হাইকেং হোৎক্রে। অদুবু মচাক অসি মুপী অমা হায়বাদু ওইবনা নিপা মখোল ভাংনবা য়ানি খন্দুনা ভুমম্না লৈ। মতাং অসিদা চাওয়াইমনা 'খুড়া। হন্দকী য়াফম অসিদা খুড়ানা তাকপিরিবা য়া অসি ঐখোয়না নৌহোনা খন্নজবা ঙম্মোইদৌর। মরমদি খন্নাখং খোংমনখিবনা' হায়রকপদা ভেঙ্গন্নু মমাই হাইখেং ঙাংদুনা 'নহ'রোলগী য়াঙাং ভৌরেদো' হায়রম্নগা হৌগৎতুনা চৎক্রে।

মাধবী—( চাওয়াইমদা ) নিপামচা! তাদ ভেঙ্গনা হায়রিবা য়া অসিবু খন্নফম থোকত্রনে খাঙ্গেশেংনা পিন-খোৎনদুনা হৈজিং-পোৎমকস্ত পুন্দ্রি।

চাওয়াইমা ইমা খুড়'সিনা ঙাংবা য়াদি মানা কৈফ হায়বাদো ফঙ্গ্রবনি, লৌবিয়ু; অদুগা ফত্তে হায়ব'দুনা কৈ হায়না লৌবিয়ু। ঐনা হায়রিবাসে ৎভম খজিক্তা ঙাইরে খঙনরক্কদৌবা। খুড়া অনগা ঐখোয়গা করি মড়ি লৈদুনা মহাক্না ঐখোয়গী ফনবা তৌবিরান! নহানমৈংদি নাংমা ফাউবা খোংদাহিরক্রগা ঙসিতা মোংঙবগী অর্থ করি ওইগদগে! খুড়াসিগী য়' কায়দে ইমা, ঐ চক চাংবা চৎলে।

চাওয়াইমা চৎথ্রবদা বাধবীনা মপুরোইবদা য়াফম অদু অমুক ভক্নয়রে। মাধবীগী য়াদা কুন্দ'সংনা 'ভাভেঙ্গগী য়াবু লৌবা য়াবা য়ারনে' খুঙই। অদুগা মহাকস্তু মপুকনীংদদি 'করিনো' হায়না য়াথঙ্গ অদগা লোইননা নোমগদৌবা থবক ইংথাং নোমলি।

তাংক অ'সদা তেম্ব মসেন নিপা রামসিংগীদা য়ৌখহনা মসেন অমাদ মচনমুপীদা 'ইসেন খোয়না ম'ইপুননা হে'ৎনারবা হন্দকী থবক আস কয়া শাই পাক্তনি উত্রে। এস্থু নহানমথে ইসেনখোয়না থরা'হ য়াওনা হে'ৎনবা'হ্নদ', রাক্ম আসগী মরমদা রা অমম্বাও হংগু খো'ৎলুদে; অদুবু ভাসিদ তাঞ্জা অমদগী কুন্দাসগীদা অম্তম চউবদা রাক্ম অদু হৌদে ক্তরক্ত মহুদা এনা, নিপা মচা অদু য়াম্না ফৈ, মরম ওকই, করম করম ভৌ'রি পীনখো'ৎনগ্রবরা', হংজবদা মবুং মহল অদুনা, মপা-মমা, ম'চন মনাও অমতা লৈতবা নিপা অদুনবু করম্না পিক্তগবনো, খুম্মকই।

অদুদগী এস্থু মথা তরমদনা লাকতবসিনি; অদুনা য়ারবদি ইসেনখোয় থো'ইদোক্না মাইপুননা য়াওরুম্নু.' হা'য়রে।

তেম্বগী য়াদ রামশিং ভুমিম্না লৈ। রামসিংনা তেম্ববু মশক মুম্না খঙই মবাই ওইবগী উৎকম থোকপা ব্যবহার উৎপানি। অদু-মকপু রাকম অহু নাতৈ চামনবনা রামসিংসু মপুক্তা রাথল অমদি থ'ম্ল।

মত্তাং অ'সদা রামসিগী মুপীনা 'তাচৌ! মপা-মমা লৈতবা হা'য়-ববু ক'রিনো মাগী ম'ম্ম অমদি মনে লৈরি, লৈরিবা সম্পত্তি পুম্নমক নিপামচা অদুগীনি। শম্না হায়রবদা নিপামচা অনো মাগনী! মাগী ময়মদা থম্নীংভাই লৈতে। মখোয়গী মচাম্নপী অদু পীবা পীদবগীদি মখোয়গী মপীংনি।

মচনগী রা তারপা "খঙদে, ইসেনগা নহাকদি পুলিসগী ঐগা মাড় তংনবা য়াবা থোক্রবনিনা অচুক নিংশিংঙম্বতনে। ঐনা হায়রম-পদোবা হায়বনু মতুং অসিদাদ অচুক কয়া য়াওক্ররম্ ; করিনা, মঙল ওইরেহদোবা থবক্তুদি য়ারবা নথে লৈথোকহোবনা হে। ইসেনদি ঐথোয়গী লম অসগী শাহারক হায়বদা মিং লৈবা মীশাক্রদো, অতনা য়ারবা মথৈ চোপহল্লিংদে। ইসেনদি মিংতা লাইরক উবা, অসান লৈবা মানিনা য়ালল মুয়া তৌবিয়ু" হায়রম্লগা তেম্বা থোরক্লে।

মহাক্না রথল তৌনা তৌনা ময়ুমলোম পাংলকপনা কুন্দসিংগী মথা থংবদা লৈবা, লৈরক মচা অন কাংবগী খোংনাং মথোংদা পোৎষম কম্বী তোনশীজবু নী শিংভবই! তোনশীজ লুপ্রাবীনি। মশক মতৌ হাংফেৎ খেংবা য়াই ; মুপ্রং তৌই। মহাক লুপ্রাবী পোৎষম কম্বী অমা ওইরবস্থ লমচৎ কাংদে, ইকাই ইকি থঙনা চৎলে। মরম অসিদগী মহাক মীয়াই চল্লবী ওইরবস্থ মাইথোং তনৌ তনোই। তেম্বগা মহাক য়ুমলোন মতা ওক্লক লাপ্লে। তেম্বনা পোৎষম য়োরক-পদা তোনশীজ হিদাকপু মচা অমদা হিদাক থক্রুনা লৈরমই। হিদাক থৈ চাকথৎলকপগী রায়া হাওবা তাঞ্জা থোকুনা তেনশীজনা তেম্ববু 'তাদ করোমদগীনো হিদাক অসি অমুক্তা থকপিরোবা' হেক হায়রকই।

তেম্বনা 'ওঃ ভসিগীসিদি ইরুজনিংবগা খোংস্ৰা ভেকপগা মানগুম থোকপ্রে ঐগী রারী খমতা শানিংতুনা লাকপগা ইবেম্মনা কৌশিল্লকপগা মপা অমা য়াম্না চানরে। কদাই, হিদাক পিথকনি হায়বাহু অমুক্তা থাকে' হায়রগা মোরাদা যম্মরে।

তোনশীজনা চে মচেং অমনা লাইরে কোন্দুনা হিদাক অচু লানশিল্লে। তেম্বনা হিদাক অচু লৌতুনা থক্লবদা তোনশীজনা 'তাদনা য়ারী অমা শানিংই তাকপীববু করি য়ারীনো পোং লৈবা লাক্তিংতেদা শাবিহৌরো তানিংবনা শিদোরে' হায়রকপদা তেম্বনা হৈবেম্মা! নহাক্না তাংথোরকপা য়া অসি ফাগী ওইরবস্তু মপোক অসিমগী কাউরোইদৌবা য়াদ হেক তাংথোরকইদকো: অতুপা অওইবমকস্তু ঐনা শাগৎদৌরিবা য়ারী অসি হৌজিকমক্তি মীতোপ তৌবা য়াবা য়ারী নত্তে! য়াঙাং হুংশিবা অসিনবে পোৎকম মচা অমা কম্লপা অরাং অপা হৈরে লৈত্রিবা' থুম্মকই।

অতুবু তাদ, ঈশ্বরগী থৌজান্দগী শেৎপা চাবমক্তি পিদোস্ত্রবস্তু তোনশীজ ঐ অসি মীরোল লৈজদবগী অরাবদি পুন্সিসিগী লোইনথিবা তারমাল্লেনে! য়াইদা তদ, মীরোল লৈতবা হায়বসে করি অমুক হায়রুনি মাইকৈ থুদিংগী শল চক্ষম ... ... ... কায়দে তাদ, উচেক য়ায়াকাওনা থওইবিদে! ইমানি হায়তুনা অশোনবা অমতং লৈরিবাসে অসিনদি করি ওইনি, মংঙামত লৈজশাও য়রে!

চুমই। জগৎ অসিদ তুমা তুমা হায়বাসে ঈশ্বরনা তমলক্লবনি। মসে মতম চাদনা কায়রগা মীওইবগী অরাবা মথল মথেন ওই, নবুংদ নিপানিদবা ইচা ইমৌস্তু লৈরিবা, ঐমক্না অস্তুক য়াংপ্রবাসিদা লুপ্ত্রাস্তু ওইবা, কনাস্তু লৈতবা ইবেম্মখোয়না য়ারমগদৌসি করি অমুক হায়রুরানে! ওঃ ভসিদি, তোনশীজ নংগী নর হৈহে অমনা তেম্ব ঐগী কল্লবা থম্মোইবু মহি চেনহল্লদা! যরে, মতুং অসিনদি ঐনা তুহা মখৈ নত্তেং পাংনবা হোৎনগে!

ওʼস ঐ রা অমা হায়গে, মসি পাংথোকপা ওয়বা থরা হোৎনৌ:—নখোয়গী অয়াং থংবদা লৈরিবা লৈশাবী অসে মপা-মমা ময়াম মথুম মশক মতৌ মবুং মৌপয়া অমত্তা রাংতে; অদুগা মীনা য়োকপা মীচাবোক, মপা মমাশু লৈতবা অমদা পিদৌরে হায়রে মসি চুমদবা য়ানি। অদুনা ঐখোয়গী মমাং খুন্দা লৈবা কারাম ওয়ংসিং এমাক খুনবগী মচানিপা অত্তোম্বা মুহোনসিংগীদমক্তা ঐখোয় অনি থম্‌ হোৎনবিসি। ঐনা হায়রিবাসে অয়োনবা নত্তে, মখোয়গী ইমুং-মচুং য়োয়বনি। ঐ চংউদুনা ময়োল পুম্নমক হোৎনোক্করবনি। ঐগী রা তাবদা মমা-মপা অনিমক মপুক হোৎলবনি। অদুদা মপাদুদি নিপা-নিনা রা থরা পুথক্রবদুদা থজানদুনা লৈহৌই। মমাগী মোংফি ঐ ওশেংনা থওলে। অদুনা মমাগা চিরুয়গা থবক পুম্নমক থোকনি। ঐনা হায়বিবাসে মমা মাধবীগা উনদুনা হাইকেৎলংদং হেক কাংথোক্রবদা তাব হেক্তা তাগনি। করিগুম্ব মমাদুনা থওʼসিন্নত্রে, হেক্তা তোকউ যেরা লৈত্তে।

তাদনা তাকপিরিবা অসিনা ওশেংবা ওইরবদি ফৈকো তাম নত্রবদি মবুং অদুম অসি ঐ য়াম্না চিংনৈ; করিনা নচনগীদি মখোয় ইমুংগী মতেʼনা য়ুম লিংদুনা পানজবনিদো। শম্না হায়রবদা ঐগী ইবুং-ইপʼরা হায়বাদু মখোয়না ওইরিবনি! অদুগা নচন ঐসু অসিগুম্ব থবক অসি কয়া তোক্ক্রক্কে, হুন্দক্তসিবুদি মমা মপা অনিমক থওলে তাকপিরিবনিনা থোইনা অকায়বা লৈরোইদরা নিʼই।

মদুগী রাদি অশাইনা হায়বা হায়ম্রিবদুনি। রাদো মমাদা থজিক্কং কাংথোকলুবদা লোইনা শিং শিংনা কোংদোক-চরকঅনি। মদু করিগুম্বা ফোংদোয়কত্রে হেক্তা তোকউ। হেম্ব

ঐ থাইনগী ভেম নত্রে— অস্তুক অহল ওইরবনবু অহুম্বা কাতু-কারনগী থবক তৌরুবা হৌনব্রা ? মপা চানফাহুবগী মুংডাইভবা অমা মমা মপা অনিনা উ লকপা অহুনা, কৈরোই লৈকংই ওইংগী মপা চাবা অহুক শিনজিনবিবতনি। অহুদি ঐ চৎলপে।

"ফনি তান লেওবিরো।"

হৌজিক্কি ভেম, মহ'ক্না শিনব থবক মহয় য়াম্লনি থনবগা লোইননা অনৌবা ঈরাং অমগী ঈথক ঈপোমদা তাউহনা মযুম মৌরক্লে। মহাক ইক-মাইথঙরগ চাক ঈশিং চাহনা ভহাক পোথারে। মুমিৎ চাংররকুবদা ভোনশীজগীদা যৌৎকুনা ইংখোল শম্বল শেমজিন-খোৎচিনবা হৌরবে মহাক্না মরি মঙানি শেম্মবদা ইংথেল অহু ইংগ্রি শিংলে। থোংদা মতা অংসদা মপুকনীং মকা লাম্নবা ভোন-শীজগী থম্মোইগা ভেমগী থম্মোইগা থম্মোই অনি শিন্নখ্রে। মতুং অসিদগীদি চৎনখোক্ত লৈরম্বা ভেম, ভোনশীজগীদা হাওপামনা লৈবা হৌখ্রে।

মমু' অসিদা মধশীনা মপুংরাইনদা মচানুপী লতা থাঙবগী ব্লাকম অসি অমুক্তা থন্ন বহৌ — নিপামচাদো ফদ ফরিন হায়নবু পু-পাং শুদবা অমদি মশা মরোমদেংমদা ওইবসদা কয়া খাইদাদে, চিংনবা অমা লৈ, হায়হুনা ভকুহুনা লৈরক্ল। ব্লাকম অসি কুন্দ-সিংম্মু ইথন থন্দবদি নত্তে; তৌইশুমক্তং মহাক হায়নখিবা ব্লা ভাক্না চৎপা মীশক অমা ওইবদগী থঙ্গানহুনা লৈরকই।

নোংথা অয়ুক অমা মাধবীনা ব্লাকম অসি হেৎদোরকপদা কুন্দ-সিংনা মবাইগা মবুংশিংগা অহুক ভানখিবা ভাম্নি, থুম্মকই।

মাধবী— অদো, ঐগী রা ওইনদি হৌদোকপিনু। ঐখোয়গী চ'ওয়াইমনা পাদ তেম্বনু য়'ম্না শাওই অমসুং থাজদে। মানা থাজ-ত্রিবদো থাজকম খোক্তে চায়বা ঐস্ থওই। অহুম্দি ওইরবদা নাইত্তে চাবা, লৌবা য়াবা ওইরবদি, লৌবদা করি অকায়বা লৈবগে? মুংশিদবা মীনবু হায়রবদি অহুম্বা, লৌবা য়াবা রাস্ লৌররোই; ভায়রোই হায়বহুদি ঐগী মেৎতা য়াম্না লাম্লি।

অহনবু হৌজিকপু করিনো ঐখোয়না ভোগদবা! নহাক রাইদি নহেন্দু নিপামচা অহুগী মনেখোয় লাকপদা অনৌবা ইতা অমা ফংজরে হায়হুনা য়াম্না হরাওনদাই! ভেম্বগী তেম্না থাহমা নহাকসু ওাও-রক্লমাল্লে। ঐবুদি থমবু থমখো, নচানিপাশিং অনিনবু য়াগদরনে? হুন্দাক্তি লুহোংবরা হায়বনু তান চাজবদি ভেম্বগা নচানিপাশিংগা অনিগী মরক্তা রাখোক অমহুম খোজদরা চিংনরি!'

"অহুদি, অসুম ভৌরসি - মাই মাম্মগা ম'ই পাঙ্গীগা অমুক্তং উমহুনা ময়েলশ পুম্নমক যুম্না ভানরগা মাই মাম্মবু ঐখেয়েসিদা লাক-ভুনা হ'মহনরসিরা, মহুনা ফগদরা?

কুন্দ'সং মকোক হোৎভুনা-- "হোয়, মহুনা ফগদরা থজ্রে, জুমিদাংরাই ওহাক চংখোকউবা হায়বহুনি।" হায়রম্লগা মনিংলোমনা থবক য়েংবা খোকথরে।

ভাজক অসিদা মাধবী মথরাই ফুংভাইবগা লোইননা হিদাক হানগে য়ে উবদা টুবিয়াদা হিনাক য়াওরমজে। মহাক থুনা খোয়ক-ভুনা ভোনশীজগী পোৎফমদা লাকই। ভোনশীজনা খোঁয়াংনা ভাই-রিবা মাধবীবু উবদা ভয়াম ভরাম্না করি অরাৎপা লৈরবগে, হংবগী

লোয়নবা হিদাক অসি মৈ চ'কপদা ঙ'ইরি অহুক্তা চিংখো লাও, হায়রগা মোড়া থাত্তুনা ফংহল্লে' মাধবীনা ঙ'স্বক অত্তু লৌরগা হিদাক অত্তুবা কৈরমদরে, কে'মা তরগে, গৌজিক্কী খজিক্কা লৈগে খোরকপনি।" হায়রকপদা তো-শীজনা — লৈত্রম্তু ঙাস্বক অসি অহুম পায়খো কৈদৌগে? অহুগনে হৌবেম্মা, ঐ র'রী মভেক অমত্তা শাগে ঙহ'ক্তা পো'খ'খো। অ'স'নি হৌবেম্মা, নচাস্তুপী লত'বু মেরাগী মচম্না পোকপা মীচাবোক অংদ' থ'জরে চায়না তায় চুমব্রনে?

"ফনা-মরম ওকই. থাজমিরা খন্নবা রানিদা হৌচে!'

অহুবু হৌবেম্মা, মবুং মৌপ্বা মরিগী মন্নদা মতোমতা য়াওবা নচাস্তুপী, মশক মভৌস্তু র'ত্তবা — করিগীনো থাজফম লৈতহনা তৌরিবরা?

খন্নবনিদা হৌচে! পিন-খোংনবগী রা খোইদোকপা লৈতে।

কৈ কৈ অহু ওইরবদি, তাবদা হৌচেমখোয় পুকনী কয়া ক্লুং-ঙাইত্তে, অহুগী দমক্তা হ.বনি। হৌদি পোংফম ভম্বানিনা অসিগুম্বা রাসে য়'ম্না তাই. অহুগা খেম্বি-খোংপিম্ন হারবস্তু লাকই অহুনা হৌচেমনা অসিগুম্বা থবকসে কয়া পামজদহুনা য়াজনবনি। নচাস্তুপীগী দমক্তা হৌচেমনা হায়রস্বশিংগী মন্নুংদা ঐখোয়গী মমাং খুলগী ভদ্রসিং এনাক খুনবগী মচানিপা মুহোনসিং, অসিমদি মত্তিক চাই; হায়বদি মপা মমিং লৈবা মীশক্লদো, অহুগা নিপামচা অহুস্তু রাশি য়াম্না লৈ. লাইরিকস্তু মেট্রিক তম্না হায়।"

"মাগী লাইরিক তম্বা তমংবহুদি ওম্নহুনা ঐনা পাম্লিবদি মপা মমা পু-পাং তবা, মচিন মনাও খুংকন-পাজনবা অহুনি।"

“মতুগী হায়রুরবদি ইবেম্ম', মপা অসি স্বাংত্রবদা লৌ পরি ৩০ রোমগী মপুনি, মচানিপা মরি'ন মরিতুগী ১মু'দা অহুম অমদি মমুম মকৈ প'ন্দুনা ম'গী মাগী শরুক মতিক চানা খারতুনা লৈনরবনি। অমাম্না শরুক মচানিপা অতো'ম্বা মুহোনসিংগীনি। অতুনা ই'চন ইনাও তানরগা পিনবা তৌ'সর — অমুক্তা মুম্না খম্নকউ ”

“মরম অদু ইচিন ইনাও মেন তানা খম্নখিসি। ঐ চংলগে ইচে।”

“হিদাক অসি পায়খরো ভসি মরি মতা'নি লৈরগা পাও অমা খঙহন্নবা তৌবিরকউ।”

মা'ধবীনা পোৎকম থোকউবা লম্তা উহৌদে। মহাক্কা হক্তিল্লকপদা লতা'না চ'কথে'ংবা হৌগংলম্মে। মাধবী হিদা'ক ভা'স্তক অমা খক্লগা তম্না ইক মাইথজতুনা মপুরোইবগী চন্দন লাইপোৎ খাংদোকতুনা লৈ-শু তুলসী মনা হেকতুনা থনমলগা লতাগী খবক অত শিল্লরে। মতাং অসিদা কুন্দসিং হক্তিল্লক্লে। মহাকস্থ ইক মাইথজকতুনা চন্দন খিল্লগা শিক পায়তুনা নাম শো'নব হৌর্দ্রে। মহাক্কা নাম শোনবা লোয়রকপগা ম'ধবীনা চাক ঐশিং লোয়তুনা মপুরো'ইবগী শেম শাবা লোয়খরে। মধবীনা চন্দন লাইপে'ৎ লোয়শিল্লরগা অরা'ং-অপা হ লরে। মপানা চাক চাবা লোইরকদোবা উবদা লতানা হিদাকস্থ মহী হোংতুনা হিদাক হান্দুনা থনমলে। কুন্দাসিং চাক তোকতুনা মচিন-মরা তে'লুরগা কমক্মদা কমতুনা হিদাক থকপা হৌর্দ্রে। মমানা লতাগা মৌপ্'াগব হংলকই। লতানা ইবুঙোদি মমাম্নবা অমগা থোকমিন্নখরে থুনা হল্লকনি হায়রখই, খুম্নবদা মমা মচা

চাক চামিন্নখরে। মখোয় অনিনা চাক চাবা লোইয়কপদা কুন্দসিং ফমুদা পোথাখিরম্লে। মমা মচা অমোং-অকাই শেং খোংলিত্তৈদা মচানিপা অত্তোম্বা হজিল্লক্কুনা চাক চাররে। মাধবী মমা মগা কেংল-লিক ফেংউত্তুনা কারক্লগা মখোঙ মথুং হামদোকউরে। মখোয় অনি ভুহাক পোথারগা মাগী মাগী মশিন্দা পুকনী লুপত্তুনা লৈনখরে। কুন্দসিংস্থ ভুহাক্তুংদং উক্লরোল ত্তোকরগা হৌগৎলক্কুনা এনাকথুনবা নিপাগী অমগা অনগা হেন তেন ভাংনগদোবা লোয়খোকউরে।

মতুংদা মখোঙ মথুং হামত্তুনা মচিন মম্না কেংলগা মাগী নোংমগী কায়দনা চচ্চনীবা লিক পায়ত্তুনা নাম শোনবা লোয়খেক্লে। মচাক হিদাক ভাংক অমা থক্লগা মফী মরোল তোংত্তুনা মবাইগীরোম পাংভক্লে।

মাগী মবাই অসি মখোয়না লৈরিবা থুল অত্তগী অরা লোমদা লৌবুক মচা অমত্তনা থম্লগা লৈবা থুলদা লৈবনি। মতম অসি লৌউ-শীংউবসী মতম নত্তবা খোজং থুকবা মতম ওইবনা লৌবুক অত্থ শমত্তুনা লাকপদা মবাই অত্থস্থ লৌবুক্তা শল য়েংবা থোরকপদা মখোয় আন কোক উনরে। মত্তা অমা চারত্তুনা মসেন মবাই মখোয় অনি রাম্নী অত্থ শানরে। মরম অত্থ য়াম্না কুপ্না নৈনবা মতুংদা মবাই ইবোমচানা 'নিপা মচা অত্থ ঐ য়াম্না মুম্না থঙই। অফবা লম্বী তানখংলকপদা নহা ওইনা মমিং হাইকেং লৈজরবা মীশক্লী। মাঙ্তোন্দা ইমৌ অত্থ পিন্নুসি হায়বা য়া অসি ঐগী ইচিন অসনা হায়দোকপদা থরা লুনা খোকই! অদুমকপু ইসেনগা ইচনচুপীগনা পুকন্দা লেলহৌদবা, চিনবা লৈরবাদ ইক্ষাকশিংগা অত্থক তনয়দবা য়াত্রেদনা! হর্ষবিদ্রো ইসেন, ঐ মরম পুম্নমক থঙলে। ঐ হয়েং

অয়ুক অঙনবদা লাক্লগে' হায়রবদা কুন্দসিং মবাইবু থুরুমলমদগা ময়ুম পাংঙক্লে। নোং ঙাক্লে। ইবোমচা মঙ্গা কশিং'না থবক ইংথাং অমা অমা চংথাক'ত্রবগুদা কুন্দসিংগীদা অয়ুক ঙন্না য়োৎক্লে। মহ'ক্না থুংলবা মতমদা মঙ্গাক অহল চাওরাইমা ঈচিংবা চৎকদগী পাড়ী মনাক্তা লেপতুনা লৈরমই। চাওরাইমনা মাই ম'ম্ম উবদা হেক থুরুমই: অহুগা ঙম্বানা লেঙসিনরকপগী মরম ক'রিগীনো হংই। ইবোমচ'না মপা মচা মথোয় উনবা লাকপ'নি খুমগা মনাও অনিবু থবক কুমখরবরা, লৈরিবর, হংলকই। চাওরাইমনা 'লে'রনা লৈরি' থুম্নদা 'অহুদি মাম্ম নঙগীদা কমগে, নঙগী পাজৌপা নন'ও অনিগদা ঐ লাবই অচক খহংল্লু' হায়রে। চাওরাইমনা পাও পুং খঙহল্লু'র। মুম তোঙান তোঙাম লৈনরবস্ত শুরাংদি পুরপ অমত্তা ওইবনা মথে র পুরমক হিল্লরে। মাধবীসু লাকুনা মবু' থুরুম্নরে। মীশকশিং অসি শুনা তিল্লবদা ইবো'চানা 'ঙসি ঐনা লাক্লগাসি অতৈ অমগী নত্তে, ঐথোয়' লত্তা থাজরিবা নিপা মচা অসি ক'দ করগা অহল লম্ম। পু পাং শুবা হায়বাহুদি থোকত্রে; ম'সবু ইং'সেন অমদি ইঙ্গাকশিংগী পুকনীংদা করি থ'ল্লি? ঐগী পুকনীংদদি নীংবা কয়া থুংফাংতে। রাকম অসি অমুক্তং খল্লনীংহুনা লাকপান' হ ররে।

"ম'ম্মনা তাকপিরিবা রা অসি য়'ম্মা চুমই; অম্রুম'দ ওইরবদা অহল-লম্মন পু-পাং শুববগী দমক্তা ওইরব'দ অহুক য়াম্না থমনিংঙাই লৈঙবরা থঞ্জে; অহুগা অতৈ অতোপ্পা মরম লৈরগদি খঙজদে। মপা-মমা হায়বা সিদি মচা পুম্নমক্তা মপা মমা অমর ওইবা অমত্তা য়াওদে থরা ঙম্না শিথিবা, থয়া কোম্বা অসিগী রাতান। কনা

কনাগুম্বা মপা মমাগীনা মচা মখৈ লোয়না শিজপা অহল ওমনত লৈহৌবসু য়াওদবা নত্তে। নিপাখচা অমু তৌজিকমক্তি মতোমখত্না য়ুম লেপচবা তম্বগী ক্ষিত্তখদা লৈরি। মচুগী মখক্তা মাবু কোল্লিবা মাগী মশু অচুম্ব মচানিপা পোক্তে নিংথৌ'ল অমত্তনি। নিংথৌল অংসু মযুম পান্দুনা মচা পোকখ্রে। মাই মাম্বগী সম্পত্তি পুম্নমক মাগীনি, সম্পত্তি অচুংক থাদ্রবসু মশানা মরুম ওকপা, মশাবু মশানা খত্তনা চৎপা অমদি মতমগী মগুণ খত্তবা নহা অমনিনা মহাক্না অরেম্বদা মাংগনবা কদিসু লৈতে। নিংথৌল থাজবদা যেংগদৌবা হায়রবসি অচুম্বনি। মশা অচুম্ববু থজবা, মীথো হুকত্রবদি মপা মমা, মচন মনাও মন খুৎকন পাম্না লৈচুনসু করি অমত্তা কানবা উবা ফংদ্রি। ননাই এখোয়দি ইশনা থক্কী মীনিনা থবকী মীতবু পামজে। অচুগা করিগুম্বা লাইরিক লাইশু পোক্টদোক হেন্দোক্লা হৈজবা মতিক চাবা মীত্তদা থোক্রগনা, মচুনা অতেপ্প য়াফম্লি। এনা হায়জরবাস এগী মোংন পাজী, ইমা অাদি ইনাওশিংগী মোংনা করি লৈবা, খত্তগদে। ননাই এনা হাংজরিব য়া অসনা মম্মগী য়াথংবু হেক্ক কক্খৎপা ওইনা লৌবির্বদি তৌনিংমু এগী মোংত কোদোকচবনি! মম্ম পাজী, ইমাগনা মসুম তৌ'স, মসি পামই তাকাপবাহ চিংনবা লৈতনা অচুমক ইজগনি। অমনা হন্দকী বাকম অসিদা কনাগুম্বা এখোয়বু পনুং মুংশিবিবা নত্তবা মী অমগী ইাথন অমা চংলকপরা হায়বসু চিংনৈ! মচুমক্তি 'এখোয়' মাম্মদদি য়ৌরক্ল'মাই, কারিগুম্বা য়ৌরক্লম্লবসু মাম্মনা য়া ওইনা লৌবিরমগনি থাজদে।' অসুম্না চাওয়াই-মনা মগী মোং পীরবদা মনাও অনিসু ময়াম্বগী মোং অসিদা সমর্থন

থৌরক্লে। মখোয় অহনবী য়োং তারগা 'ইম্মাক অহন্না ওসি, ঐবু নমাগা পোকমিন্নবা মাম্মনি থম্মুনা ঐগী অপাম্বদা চিংনবা লৈত্তনা অহুমক ইনপনি হাববা রা অমা ঐগী নাকোংদা তাহনবা অসিদা ঐগী অপেনব ওইরে। ঐস্মু থাগৈনমক খেন হায়বা তারবদা নিপা মচা অহুবু কপ্তে হায়বদি ওয়োই। মাগী হায়ববু মচিন মনাও অমি তুংদবা মপা মরোমদোমক ওইনা অহুগী অহুক থম্মকবা বানি! ইসেনগা মমাগগী য়োংনা করি নৈবা থওনিংই' হায়রকপদা কুন্দসিনা 'হন্দকীসি ইবাইনা মুন্না বিচ'র তৌনা খনবিরগা ম'সদা লেপ্প'সি হায়বা রা অমা ওকপিরো' মহুনা ফরগনি হায়জরে।

মম্ম মগী য়োং অসি তারগা 'ডাস ঐখোয়না খন্নরিবা রফম অসি ঐখোয়গী ফনবগী দমক্তান। রফম অসি খন্ন খন্নরগা হন্দকীদা অম্ম চংশিল্লকপগুম তোই। ম'সদা ঐনা অস্তুম খনবদা হন্দকী অসি অভাং অনিগী মরাইবক্তা নোদম্বনা উম্মকপা ওইবরা, খল্লি। হৌজিক ঐনা পামবা হয়ববু এবে য়া লভাগী মপুকনীং অমত্তদনি হাইদুফেং থওদোকপা চুমত্রা খল্লি। লহৌকী মপুকনীদম্ভ থইদে কপা চিংনব লৈত্রাগদ হাম্মৈসিনা অহুমক মরম্লসি, অহুগা মাগী পুকনিং দা চিংনবা লৈরম্নগনি মাগীমু রা অমদ থম্বিফম থোকপ্রা, নিই।

হন্দকী রফম অসিনদ ময়াম পুন্নমক য়েং অমত্তা ওইনা চুমই, য়ানরে। মচাম্নুপীগী পুকনীং থওদোকপগী থব কু মমা ওইবগী মখৌ ওইবনা মমাগী পুকনীং থবা পুডাইজবগুম তেই। মরমদ মমা মচা তানরগা মানা নীজবা মচম্ম য়াল্লকপা য়াই থগুবনা। থবক অসিগী ভাড় ইবোয়চানা লভাই মমাদা শিম্মরে।

মা অসি অস্পন্না লেপ্পদুনা লোইরবদা মক্মাক্তু অহৌম থবক্তী মী ওইবনা মাগী মাগী মথৌদা চংথখরে।

ইবোমচা থোরক্লুনা মসেলগী মাঙ্গেন্দা ফমলরে। তৌনরিবা ঊরাং অসি লভাক্ত ভাব থরা থরা ভাবনা মাগী মান্মবু ইকাই চলোই-রপ তৌনা খুক্ষমলমলগা শংঙ্গাইদা ফী শংদুনা লৈখি। ইবোমচা হিদাক ভাগ্নক অমা থক্লগা, ইরাই সুমিংতা লাকে চায়রমলগা চনখরে।

সুখিং অসিগী সুমিদাংদগী মাথৌনা মচাক্মগীবু ভান ভাইম্না চোংনবা চৌথরে। মগাগী নাওলেম রাইৈ ভাংদা লভাসী থম্মোই মতি চেন্দবা নত্তে, অতুবু লভাকি কনাগুম্বা পাখ অমগা মতি লৈন-জদবী ওইবমা কনাবু ফনানো হায়রবা মুসু থঙুনবগী পাইথুম অমতা পিজনা ভুমচৈী ওহরি: ভং অসি ১ডাকি মমাগী চাথোম্নবা নাও-থেম রাইনা মথক উট্রিব, থঙজিনা মীশক অমগী মৃত্তিবু ভাবনা শাগৎদুনা খনবা উনবা চোংনবরোমদা থোইদে কুবু থম্মকদ্রি।

মহাক্না মুম্না থস্তবিনবি মহাকপু মমা মপা, মন্নুম অমদি কৈ. কাই ঊকাই থাদেকুনা মীৎমগী মীয়ুম অংদা শংপা ভারক্লনবা অশোমদা থক্ষথবনা মহাক নুঙ্ঙাইব রাখল অমদা কোকচাওবী কাহনা লৌর।

মতম অসি মুমিদাংগী পুং ১০ রোম ভারবা মতম্নি। ভজা অসিদা মথোমগী মনিংদা লৈবা তোমৈনা মাগী চুপী ভম্পাকলৈবু চাংকে ভায়রকপদা ভম্পাকলৈনা মনমদা মচানিপা অঙাং অনাবা পোরগা "ধরাইদদি কনবিম্ন" লাউদুনা কুন্দাসংগী ভায়া চেনখিল্লক্তি। কুন্দাসং মপা মচা মথোয় নরি "তোঃ কার তোরবগে ? কাঁনো?"

চোংখোরক্লুনা তোমৈগী মথুঙগী চৈ মুল্লগা তম্পাপলৈবু ইমুংদা পুন্সিল্লুনা থম্লে। তোমৈ, ম'বু ওম্বা মীণক ওাক্তগী মশক উবদা নেশা হাইগংপা ওমদবা ওইবনা চোইরোন অমা আন লোল্লমলগা থুনা হন্দোকখরে। মকম অচুদগী মমুমদা চংখিচুনা মমা অশোননীবু চাক খোংওমদে হায়চুনা চৈ-থাংবা হৌখরে। তোমৈমা শবীদি মশা শোল্লবীনি; অচুগী মথক্তা খুমিদাং মমিং উদে। অম্মুম্বী শবীনা মচা তোমৈগী নেশাগী চিহাই থাংচুনা তেংথারকপা কনানা তাবা ওমগবা!

চেংথা নাহে অচু তাবদা লৈকাইগী মী চোংখোক্লরক্লে। মীনিল অচু তাবদা :ত'মৈ চোইরোন পাবোন লোম্নুনা লম্বী শোরোক ওমখরে।

অ:সামদা কুন্দসিং মপা মচানা তম্পাকলৈগী মনমদা পোল্লিবা অঙাং অচু পায়চুনা য়েলুবা মতমদা মৈমুক শানা লৈরম্বা খোংনরে। ম্লাঙিপফম শেমচুনা অঙাং অচু হিপহল্লে। মখোয় নম্লাম চংচুনা শিং নান্দুনা হোংনবদগী থজিকং হম্বরবা মতমদা কুন্দসিংনা মাইবা অমা কৌকচুনা য়েংহল্লে। ম'হৈবা অচুনা মিচল থাচল মুল্লা য়ে'লগা— "ভিদ লাইহৌনি"। কেক্ষুগী কোঙ্গান অচু লম্লাইদা 'কংঙ-হাম্ল, কং'ঙ হ'ম্ল' তৌবিম্লু. অচুগা নোংমা নিনিদি মমাগী খোম নত্তনা অচৈ করিম্নু পিজম্নু, হায়রমলগা হনখরে। মাইবনা হায়রম্বা পুম্নমক লাংম্লনা মপা মচা মখোয় মরিনা অঙাং অচু নীংথিনা সেবা তৌব-দগী থরথং ইংথরবদা কুন্দসিং মচানিপা অত্তোম্বগা মখোয় অনি চংচুনা শবীবুম্ল :লাক্লরে। শবী অসি কুন্দসিংগী মমাগা পোক-

যিরবা মাম্বগী মচাম্বুপীনি। মড়ি আস লৈবগীত নত্তনা কুন্দসিং মীয়ুংগি চাওবা মীশক অমম্ন মহোৎশানা ওই।

কুন্দসিংনা শবী অমদি তম্পাকলৈ মমা মচাবু অহিং আসি মাগীদা লৈনবা শীংরে। শবীদি চাক চারে। তম্পাকলৈদি মথা কয়া তুংডাইতে হাযহনা চাক চাও যাত্রে। মহাক্না মাত্রিবগী মরমদি মহ'ক মনেমপা লোইনবা মমুমদা হ মংই। করিগীনো হায়বদা মচাকী মপুরোইব তেমৈনা নেশা নেমহুনা হজিরকপা মতমদা মহ'কী চাক শরুক অহু পুশেমলগা পিজনি'ই।

মহ'কী থম্মো'ইমুংগী বাথল অসিনক কুন্দসিংনা থঙ্গবম্ন মহাক মমুমদা হম্নিংই হায়বসি'দি হাইকেং থওই। অহুনা মচা মশা ওম-দবা অমা যাওব'সদা কুন্দসিংগী বাথন্দা যাম্না চিনৈ। অহুনা মহাক্না মথেয়বু মুমিং আসগী অহিংদি মাগীদা লৈনবা শীনবনি।

ওসি থোক্ল'ক্লবা থোদোক অসিগী বারী মাধবী অমদি লতানা তম্পাকলৈদগী তারে। বারী অসিদগী লতানা মমাগী নাওথেমবাটেং কয়াগী পাউথু। পিনবা মচাক কংখে। বারা অসি লোইরগা মাগী মাগী যাহিপকমদা পোখ'নখরে।

মতম অসিদা তম্পা'কলৈদাদ মচা অমদি মপুরোইবগী রাথলদা ওঁহুনা লৈরি। মম্নমলোমদা নেশা নেমলবা তোমৈনা হ'জনুবা মতমদা মমা অমদি তম্পাকলৈগা মচাপা লৈরমদবা উবদা ইহাং হাংলবা মমুমদগী কোকগাওবী কাহনা কুন্দসিংগী তাম্ন ইকাই ইকাই ল'ক্নি।

মহাক্না কোম্মোং যোরকপদা, মচা অনাবগী তিল কাওলকুনা থংগ্রেক থ.ন "ইমা।" কৌরকই। তম্পাকলৈনা মূক ত্রোপংহুনা

ফেক্না কোনশিনখদা অতাং অচু মাং চিংলকই। মহাক্না মনেম্বোক থংগৌ থৌদোক্লকপনা কুঞ্জসিং "করি তৌরগে ?" চেনশিল্লকুনা অতাংগী লমায়দা চুপথুনা কপ্পা কংমথুনা লৈরমে। মহাক্না হয়া হয়া কাপ্পা অহৌদা কাংভুক্লিগা তিল অহু মতামা চানক্লবদগী মমাই থক্তুং লৈথিদুনা অতাং অহুগী মশা থেক কোন্নথুন থরা পে'হাবে। মতাং অ'সদা কুঞ্জ'সানা কাক্লেং অচৌবা অমা ঊশিং' লপলপা কাবক কাবক শুমদে কুনা অতাংগী মকোক্তা হাপথুনা মকোক ঈংননবা কপ্পা লাক্লি। ওহ'ক অসুম্না থোংনরগা থবক অচু উম্পাকলৈদা শিল্লরে। মচু শিল্লবা মতাংদা কুঞ্জ'স না উম্পাকলৈদা অতাংগী মনাকোংদা ঊশিং চংথননবা য়াম্না চোক'শল্লু, হাওরমলগা মাইবা কৌরগে থৌমং-লবপদ থৌবৈ চংলকুনা তম্পাকলৈ অমদি মমা. অনিগী মকমদা মমিত্তা ম'প তানা কপথুনা মাগী মরাল ত'কপিয়্যু, খুকমলরে।

থৌদৌ অ'স উখদা কুঞ্জসিং ওকথিবনা ওহাক লেপথুনা লৈথি। মকম অচু ওহ'ক্তুংদি মফম মরাং থওদবা থৌদোক অমগী মতমনা কুপথুনা লৈ'থবনা ঈচিক চয়া লৈনখি। ওহাক অসুম্না লৈরুরগা ত্তোমৈনা মখুৎ লোয়থুনা কুঞ্জসিদা "খুড়া ইবুঙো', ঐ য় থকপা নচা তৌবৈনি। ঐবু খুড়া ইবুঙোবাগা ইমাগনা অমুক্তা লৌথং'পিয়্যু: ওাসদগী নচা য় থকপা অমা ওমুক ওইজররোক্ত।" অসি হায়থুনা খুমলগা "উম্পাকলৈ, ঐ নওগী মকমদা লানথরে, ঐবু ডাকপিয়্যু "

মাহৈ অসিনা ওম্পাকলৈবু অমুক মংকাওহল্লবসু মাগী মিংকৌ পিঁনি থরনবাগী যোশুব হেক হেক শীহবা লেপখি। অমুক হয়— "উম্পাকলৈ, ঐ নওগী মকমদা লানথরে, ঐবু ওাকপিয়্যু।" হন্দাক্তি

তম্পাকৈদা অমুক তুমিন্না লৈবা তরক্রে, "পূম্নমক ঐনী ইরাল তাক্কনি' হায়রগা মপুরোইববু মথং লৌগদুনা থুকপখি। খনখি,— 'মতম অনদা মপুরোইবা অসি কয়াদা মরম ওক্রগা অহল-লম্মল মশক খঙলগা।"

তেংনৈ লেপলম্বগী কমথরে। মহাক হৌজিক সুংশিবা কৱিনো। মশক খঙলক্রে— মাগী থম্মোইদা ফংওরক্রে মচাবু সুংশিবা, য়ুমগী সুপীবু সুংশিবা, মমা মপাবু সুংশিবা, কৈরাই-লৈকাই সনাজবু সুংশিবা পূম্নমক্কী হেন্না মচবু সুংশিবা! মহাক অমুক হন্না মচংবু সুংশিরক্ক মচাগী মরম হবা হৌরক্রে। তম্পাকৈদা থুম্না তমখদরে, হিক-তক কপলক্রে। মতম কুহনদগী ফোংদোকপা তমদনা লৈরকপা থম্মোইগী মৈচাক পূম্নমক তসিদি পি ওইনা চেন্থরকতুনা মপুরোইবগী পাউথুম অমদি চরণ শেজরি। মপুরোইবগী চবণ শেলিবা মহাকা মরক মরক্তা "ইমাগী ই চেত্তা, 'ইমা!' অমুক্তদি কৌরকউগবা!" তেংথারকপা খোঞ্জেল্লা মাংকৈ থুদং নংল্লক্লবদা "তম্পাকলৈ, ঐ নতগী নকমদা লাক্লকপসি তসিদগী নত্তে— মতম কুইরক্রে।

নত্তোম্মদসু নত্তে, মপাজল শোয়বা সুমিদাং মমিং উদবী, ঐবু থা তম্না নাওপুম্নকপী ইমাদসু কয়ারক লংল্লক্রবনি; অহুগা করিসু খঙজদ্রিবা অতাং নওয়া ওইরিবা, অসিমত্তসু পোকপা ঐগী ইচা-মিপাদসু কয়ারক লাক্লক্লবনি। ঐবু নংৈঙ্কদা চিংদুনা শাহিং চাবা তমথীবা শা অমত্তন ওইহল্লিবা পোংশক অহু তসিদগী থাদোক্লগে। ঐগী ইরাল পূম্নমক ইমা অমদি নহক্কা তাকপিয়ু।" হায়জরকই।

দূপ্য অসি য়েংদুনা লৈরিব কুন্দাসিংনা— "ইবেম্মা থুত্রে বা

হায়রগে মুমা। তাও—ইচাগী বা তাবদা খুড়া পুকনীং হুংতোইটৈ। মরম পূমমক কোয়া তাংনে স অমস্তুং থম্মসি। নচা অসি নহাক লাকত্রিবৈগী মমাংদা য়াং চিংহুনা অরোইবা কিভমদা লৈরম্লবনি। খুড়ানা তোকম খঙ্খিত্রহনা লরায়দা চুপ্তুনা কংম্বদগী থ'জক্তুং হুম্বহনা লৈরিবনি। খুড়া তদ তোলেন কৌরুপে হৌগৎলকপনি হৌজিক্তি নহাক লাক্লবনিনা নহাক কৌরুপেরা? 'খুড়াগী পুকনীংদা য়াইবা অমদি থমদবা য়দবা মওং ওইনা লৈরে' 'কৌজকগে' হায়রম্লগা তোমৈ থুনা চৎখহনা ওভ' তোলেনপা লোইননা থুংলরে। হেক থুলবগা মাইবম্ব মৈ তনওক ওকতুনা অদাংগী মিহুন থাক্তন তাপ তাপ পায়হনা য়েংলে। মুমা য়েংলগা শোল্লগ্ন 'অশাংবী হাইগৎলুরে, মকোক্তা কী অচেৎপা ত্তহাক লৈহনা থোম্বিবম্মীবাসি য়াম্না কৈ। হৌজিকম ক্ত মমাই মমাই কৈরপ তৌনা কৈরি। মসিনা অস্থ হুম্বিত্রবদি কৈ নত্রবদি থরা লুনা লৈ। লক্কোইগা থ ইহৈগা তেংলগা চনিংদা থুয়াদা থরা নপসি অহুপা শেক্রুগী কজোন অতুমা থরা কুহনা লৌরগা লরায়দা থরা তেইনা হ'পাস। এ য়ুমদা হনবা য়াত্রে, থরা কম্না হেৎনসি। ঐখোয় ময়াম চংহনা হোৎনবদা খিতম অসিদগী থ'জক্তংগা মমাই লৈরক্লবদি চনান অমরু পানিংই। অড়াং অসি লাইওকপগী মিহুন অমস্ত য়াওরি' হায়রপদা কুন্দসিংনা মত্তা চৎপী অমা ওয়া তোলেন্দা থরে। ওজা মাইবনা তাকপীবা মতুং ইয়া হিদাক লা তক রপ-খোক্তুনা হোৎনবদা অড়াং মমিৎ মমাই থর পাংলক্রে। মতং অসিদা ওজা তোলেয়া 'ইবুঙ্গোংথোয়না ইবুঙ্গো কুন্দসিংগীসিদা লৈরম-লিবসিবু কয়া কুইরবগে?' হংলকপদা তোমৈ'মানা "এঃ ইবুঙ্গো, নচা

তে মৈনদি লংকৈদনা নম্না থবক শুব চৎপনিমা মুখদা কম্না লৈগনে ! ঐখোয়গী দি নিপাদি মতোংতনিদো, ঐ হাৎরা ফুমিদাং মিং উদে—অনা অয়েক য়াওন্নগদি মকথা, অতোং মধা তম্মক্তবত্তুনা টনি-টংৌ থমত্তুনা তসিত্ত লৈরবনি। নংগদো কুইব কুই'ত্র ল'কপ', মহা'ক চেক লাকপগী মাই খুড়ানা ইদুত্তেত' কৌক থাগ্রিবনি ;"

অত্ত ওইরবদি হৌজিক য়ু দা চংবদা খো'ইনা অকাৎবা লৈত্তেদনা —নিপ নহা লৈতবগী তসিত লাকপা ওইরবদি।

মাইবগী র' ভাবদা ভে'মৈনা 'ওজা অত্তাংগী ফিভম য়েংবিরগা অত্তাং অসি পুবদা কায়রোইদোবা মৎং লৈরবদি ঐস্তু লাকচরবমিনা য়ুমদা চংনবা তৌজগে" হায়জখি। মাইবনা অমুক চত্তুনা য়েংলপা, খোইদোকপা অকায়বা লৈর'রাই হায়রবদা মমা মচা মথো'য় মরি মাইবগা লোয়ননা মমুথ চত্তক্লে। কুন্দসিংস্ত লালটেন পাবত্তুনা মম্নামক খিয়ুরে। মানা হল্লকপবা মাধবীনা "ওস্ত্রো'কপনিদা তম্পো'কলৈদো, মচাগী পাথংখিত্তুনা চাক চ'খিত্রেদে' !" হেক শোল্লকই।

মপুরোইবনা, 'খিনবিরক'স ঐ লেপকে ; অর'মস্ত নত্তবা রাগদ অমত্তনা থনবা মফম অসিব চাক অসি খিনবিক্করবদি তান অমা য়েংলগা মতৈ-মনাও থরা থরা য়েরত্তুনা চাজরনস্তু য়াই; অত্তাং অত্তস্তু খোই-দোকপা তৌহৌদে।'

কুন্দসিং মতৈ মনাওনা চাক অত্ত পুরক্তুনা চাকথুম্মাদা খিনগৎত্তুনা থম্বিরম্লে। মাইবনা 'ঐস্তু লৈরে ; চাক অ'স কনানো চাগদোবা অমা চাথোকউরো' হায়রকপদা ৎম্পাকনা 'মাই পাজী কংবিরুরো'

হায়জরকই। মপুরোইবনা 'ঙসদি ঐ থেংনা চেকপহদা অগোই-কপা য়াম্না চ'বক্লে, নহাক চাক্লে।' খুমকই।

ত্ম্পাকৈনা মাগী চাক শরুক অসি চাদনা থংগ্রিবা অসি মপুরোইবনা মান তারক্লুনা করিগুম্বা অমুক হঙ্গিল্লকবদি মহাক্কী শরুক ওইহনগে খনখিবা ওইবনা "য়াংত্রবন্থ খজিকং ফংগ্রে, অরেম্বাস্থ ঐ ফংজগে" হায়জরবদা চাক লাম্না লৈরম্বা তোঙৈনা তংখ'ই অমা চারে; তংখ'ই অমনা মাগী হৃদীগী ওইনা লেমহল্লে। তোঙৈ মচিন মশা তেংউরপা মৈ ওকতুনা মচাগী নাক্তা কমহনা কমশেন্নবগী থবক লৌরে। মতাং অসিদা তম্পাকৈন হৌগৎতুনা মপুরোইবগী প্রশাদি অহু ফংউরে। মহাক্না অ:মাং অকাই লোয়শিল্লগা মথেঙ মখুৎ হামহনা হঙ্গিল্লকপা মতমদা ওজা তোংলেন্না অডাং অত থোইদোকপা তৌররোই খন্দুনা, হয়েং লাকে তাকশীরম্নগা ময়ুম হনখরে।

---

( ৯ )

নোং ডাল্লে। লাত্তা য়াহৌহনা তুলশীবোং, মাজোন মাই তৈরে। কেন-লিক কেংদোক-চামথোকপা লোতরগা ধূপ থাহনা মাজোন্দা কংলে। মুহিং অসি মপা মমা অনিদি অহিং থেংনা তুমখিবা ওইবনা য়াহৌত্রি লতানা ইয়ুংগী থবক লোয়রগা কী নাং অমা শান্নবা মতুংদা মপা মমা য়াহৌরকই। মমানা মচিন-মচা শেংহনা মমিং মমাই তারগা হিদোক থক্তুনা মচাগীনী নাক্তা চংকপা মতমদা লতানা 'ইমা! ইমানা ঐবু নহান মথৈ তরক্লিবা য়াকম অহুগী পাউখুমদি কমাং হুমিদাং

থোকখিবা থৌদোক অতুদগী খঙবিরগা লৌবিয়ু। মমা হন্মা ওইনা ইমানা নচাবু থুংশিবিরবদা চরোংগী অদুগা নিপাদা থোক্তনবা হোৎ-নবিয়ু! নচানু অহি অমম্বদা হাৎকে কোইতান তম্মগদৌনা নিপাদা খাজবিরগা নচা ঐগী ত নত্তুনা ইমাগীস্ত মুংত্তাইবা ওইরেৱই" হায়রকই।

লতাগী রা তবনা মাধবী মথুৎতা পাম্বিরবা হিদাক হন্থ থবান কাউহুনা রাখস তৌহুনা লৈখি। মহাক রা অমতা থুমলদনা ইম্যুদা চংখি। মতম অমি কুন্দসং হৌশৎলাক্ল। মহাক্না মথোত্ত হাম্বরগা মচিন ময়া খেহুনা হ জন্নকপদা মাধবী হিদাক হান্দূন লানশিল্লে। কুন্দসং হিদাকপু পামহুনা অত্তং অনদা হংবা চখেককখ। তদক অমিদা মাধবী তেনশীজগী পেৎকমদা পেৎকল্লুনা 'ইচে! ইচে না নহানদৈখে হাম্বরবা নিপামচা অহুবু হৌজক ককগী ৎকচে চইদবা মীত্তাদি ওইরম্মোইকো ইচে!--মহুদি ওদোক্ল পামঞ্জৎল্লেদকে!"

মহুদ ইবেম্মা, নহাক্রোড়দি থংবু কমখস, অহসলোকফও য়াম্না মাওনরে হায়দৈ! খরা ক হেন্নোকপা হেন্দে কতবগী দাতন, মতমগী চন্নকপা ঈচেন্দবু কনান খিত্তবা ডমগদগে! মহুগী ঈচেন্দা মাওদবা নহরোন্দি অতংবনবে ইবেম্মা। হৌজখদ্য থক্ত চংবা কনা লৈরমখিগদগে? মহু পক্ত-চাত্রনক হম্ম তৌদবা, মাংক তিন্দবহুব তানরে হায়নরিবদা— অত্তগনে, ইচেমগী মিৎমক্না নিপামচাহুনা থকপা চাবমক্তি উত্রি, উত্র ইবেম্মা। করিত্তম্বা নহা ওইবগী তৌরম্বক্ত জান তারগা মরাইনা তৌকচখিনি কৈদৌবগে?

মথোম্ন অনি অম্মুমা বারী শাৰিতৈ ভাজা অমিদা ইথং খহৌদনা মুহোনসিং, মহাকৌ মরূপ অহমগা লোইননা পোৎকম মথাদা চংহুনা

"খুড় তেম্ব লৈব্রা ?" হংলৈ। তোনশীকনা 'হৌজিকরাইদা লৈরবনি—করেমদা চথোক্লবনো খুঙংহৌগ্রে, খুমই।

মুহিং অসি মুহোনসিং মাত্রা থরা কহেন্না লাকপনা মরোল ফাইনা ফাইনা রাকাই ঙাংগা হৌরকই। মরোল অহু ভাবদা থরা জান ভাবা মরূপ অমনা থম্ব লাকুরি। মহাক মীনা ঙাংবা ঙাদে, ফুরিংথাগদগী মঙ্গাচংগী অমা পুথোরক্লুনা লুপা অনিগী লৈবাকহরাই হৈঙাল লৈনগা মথোয় মরি য়েন্নহনা চাম্নিরে। মহু চারগা মুহোনসিংনা 'ঙসিদি খুড়া তেম্বহ লোয়া থাবা য়াদে। মহাক হেক উনবগা অরোইবী থবক অমা তৌনগে! মুপী শেম্বিনি হায়রহনা লুপা ১৫০ লৌথোকপ্রগা মহাক্লা যোজা তৌহনা লৈগোকপা, ঐঙোন্দনা ওইদবা ঙাক্তা হায়জনবা থগনি ঙসিদি!"—হায়রম্লগা পেংফম মরাদা থেংক থেংক ওথোরক্লে। অঙবা মনম অহু ভাবদা মথবী মনাক্তোন খুমহনা চাথি। মরূপ অহুম অহুনা মহাকপু উথা অনদা থাং-জিন্দুনা ঘম্নগা মকোক্তা ঈশিং য়েঙহনা থমল্রে।

অহুমংগী মনুদগী থরা হেন্না জান ভাবা অমনা অঙবা অহু থুনা শেদোকল্রে। মহাক থুনা চংখিহনা এক্কাগাড়ী অমা পুরক্লুনা মুহোনসিংবু হাপ্লগা মথোয় অলুম্না পুহনা চৎলে। থৌরোক অসি উহৌবা মুপী অঙাং থরনা অম্লম শন্দোকখিবদগী রাফম অসি রা-রা লাওনথরে।

চসি মুহোনসিংনা তেম্বগী মরমদা রাজা অমা অনি ঙাংলম্বা অহু ভাবনা তোনশীজ মরুলুক্লুনা রাথল তৌহনা লৈখি। মহাক ইকাই খুম্ন যায়খিবনা মীন পোৎ-ঠৈ লৈরবাকাও ভমগনি, থঙবিল্রে।

মহাক মথন্নাই মুংতাইখিদবনা মশা ওমত্রে হায়শিন্নহনা মপেং চৈ লোয়শিল্লগা মপুক মেংতুনা পোৎকম অহৃদা হিগুনা লৈরে।

থ'ম্ব—'ওম্বোকপনিদা! ঐগী ইরাইবক অসে— কৈ কি হায়হনা চেল্লগা শওম ওকৈ হায়বা দশা অদো তোনশীজা ঐত্তোন্দা ত'রারেদো! অম্বক কুইবা চহি তর'মরি মত্তা ইম্বুম পা'ন্দনা লা'কুগা মৈমপ'দা পাল্লুরদা। ঐগী মি'চংগীবা, ইকাইবা ন'নদা ভারেরে! ঐগী ইর'ইবক অ'স ঠিগ্রেন'কা! ঐ অসি কাইমম্ব রাংল থো'ল্লদা ... ... ইরাং পায়হনা য়ুম পা'ল্লবম্ব নত্তেকো! ইং'খ'ল আসদা নিপা অনভং কৈরগা মীনা থ'ভক্ত মিং থুপ্লগন্ত্রা শন্দুনা ইম্বুম পাল্লুরদা মা'হ ইনহুম ইকাইবা নংবা, পুকনীং মু'ঙাইতবা'রে'মদা ভারেরে!

অম্বুম্বা মশা মতে'মতনা মত্তামতবু নিন্দা তোহনা লৈ'রিবৈ ত'ঙ্গ'দা তেম্ব মে'রোক চ'র থুশান অমা পাহনা ... হবমই। তো'নশীজনা কৈরম্নিবা শকফম অহু উৎদা তেম্ব পাবংহিতন 'কা'র তোরম্বগে, নশা ভমদবরা?"— হ ভকই।

হন্দক তেম্বনা তোনশীজবু চৌংবা মরো অ'স তোনশীজনা নিপাগী ভা'প্তু ওইরগা তম্বনা হুপী ওইবগী কিভন অম হ রফেং খোকখিনদগী তোনশীজ, শ'ওনিবা, ঙা নিংবা কো'ঙ্গ'ই মম্মে ইম্বু দা ফাজিন্দুনা থম্বা ভারমই। মরম অ'সদগী মহাক্না য়'ম্ন। হৈংনা 'ঐহ'ক হৃকচাং ভংদবদা নত্তনা পুকনীং মু ঙ'ইতবগী তা'ননিবা রাকন থরম্ব লৈরে। রাফন অসি পে'ৎকম অসিদা তান'নংত্রে, য়ুমনা চংলসি পোং-চৈ অ'স থরা পায়শিন'বখরো— ঐম্বু তপ্পা ওপ্প। লাকচরপে' থুম্বকই।

তেম্ব শাক্লাম থোংনরকপা নিপা অমা ওইবনা মহাক্কী মুপী অহু চুম্মগী মশা ওমদবদা নত্তনা করিগুম্বা অক্লবা রাক্ষম অমা লৈরম্বা তাম্ন থঙহনা পোং-চৈশিং অহু থুনা থাংজিল্লবগা তোনশীজবু মম্মন তান্ন পুশীল্লরে। ইমুং য়ৌরবদা তোনশীজনা মপুন্সে'ইবনা থোক'প্রবা থোদোক অহুগী মরম পুম্নমক শুগাইনা তমলে। ইরে'য লোয়রবদা মানা ইকাইরিবা রাযম অহু যে''দে'ক্লে— মুহে'ন'সিংগী চা'ইরোন্দ য়াওখিব, মুপী শেম্বিনি হায়দুনা লুপা লৌংথাকপ্রগা মো'ঙা তৌদুনা লৈথোক্লে, অ'স'ন।

র'ক্ষম অসিদা মহ'ক্না থর'ই থোক্ল মু'চা'ই খিদনা, ইকাইখিব'দ 'তেম্বনা মু'হানসিদগী লৌখিবা শেঙ্গ অহু তোনশীজদা পী'শন্দুনা মথোম্ব অ'নি লৌন-ইনবো লৈ'রিবনি।' অম্রম্না মুহে'নসিংথোম্বনা লৌখিবম্ন ন, অ'স নি। মতম অ'সিদগী তেম্বনা শা'লগংপ-কি'গংপা মরম পুম্নমক তোনশীজনা খা'মতুনা ই'থহল্লগা লুপা ১২০ অহু মহ'ক পুথোক'গে, লুপা অহু মুহোন'সিংগী মপা'দা নচা'নিপানা য়ু চ'ওহুনা লা'ক্লগা লা'শীল্লগনি— প্রে'দ অহল ওইবক্লব'লিনা ওইদব তৌ'নিং'ম্র। লুপা অ'সি প্রৈবা লৌ'শলহৌবদ মচা'নিপা অহুনা ?৮'৫ তাঙা লা'ক্লপা পোংক্লম ময়াদা ওথোকপনে .থ তোংপনে তৌবহুদা অরেম্বদা ম'ংপ্রগ'ন থন্দু'না লা'শিপহৌব'ন প্রৈনবু লুপা অ'সি লৌথোক্লে হায়রবদি তু'মিম্না লৌ'থোক্লগা লৌ'রবে - অহল ওইরক্লব'সিদা ধর্ম্ম কার'নিংদহনা খিল্লকইব'নি, থিনদো'কসিক্ল !'' — হ'ম্বনা তে'নশীজনা কপতুনা হ'যজরনদা তেম্বসু হম্নখংদা মত্তাংপা ম'ম্নফবা ফংলে'ই। দৌমাক্লে থন্দুনা লুপা অহু পুহনা মু'হা'নসিংগী মপা চরু'সিং উনরপা

মরোল পুন্নমক্না ঙাংনহুনা মচানিপাগী মমাংদা পীশিল্লে। ঙুরিং অসাগী এনাকথুনবা ভত্রশিংনা ত্তেম্বব্ চিংনরম্বা অবদি মীবোল হুক্কবা মীনি খল্লম্বা কে'ক্তুনা পুবচেল চাওবা, ধর্ম্ম লৈবা মী অমনি খলহৌই !

ত্তেম্বস্থ অস্থম খল্প খল্পরুরগা .ত নশীজবু ইকাই খবদগী মুরিং অসিদগী অস্থম্বা থবক্তা পুন্সিগী ওইনা মথোঙ থাংজিল্লরোই, লেপখ্রে।

মহাক্না খল্লি—'করিস্থ লৈতবা মুপীমচা লুপ্রাবী অমনা ফাও অচুম্বা লম্বীদ' মচিঙ্গাক ভান্দুনা পুন্সি .লল্লকলি ; অদুগা ঐদি নিপা ওইরগা পুন্সি চায়রক্লফাওবদা ওটদবা, নত্তবদা চৎতুনা লা ক্ল !"

অম্নম্না খল্লকপদগী মত্তোমতবু মত্তোমতনা ইক'ইক্লবজুনা মহাক্কী হাম্নগী খাজং লিচং পুম্নমক থাদোকখ্রে। মতুং অসিদগীদি মহাক থবক শুবা, মীগী ফনবা খনবা অমদি হোৎনবনা নিপা থোদাং ওটগে লেপ্লুনা শুব.-.নাম্বা হৌখ্রে

হন্দক্কী মুহানশিংগী পাও অসি লতাগী ন'কোং য়োরক্লবদা লতা ভুমিন্না লৈলেক্কে খ'ল্ল ; অদুবু মমাংথদা মথাগী না'থেম ঋাইগী পাডিথুম পীবদা মরেল শেংফাংথাদে খল্লুনা অচকপা ভাঙ্গা অমদা "হুমা ! ইমানা নচাবু পিগে হোৎনবম্বা নিপাদো ঙরাং ইনেগী পোৎফমদা ওথোক্লে হ'য়না মীনা ভাংনরিবসি ইবা'দি ত'দ্রশবা ?

পাউহং অহ তাবদা মাধবী, মচাম্লপীগী মমাংদা মম'ই হা'ইগৎপা ঙমিদরে। ঙহাক মক্লুক্তুনা লৈক্লরগা "লতা ! ইমা'না ইচাগী মফমদা লানথরে। ঐ ঙসি ঙরাং অসি মহুগী মরমদা রা অমত্তা হৌদোক্তনা ভুমিন্না লৈরিবসে মরম অহু খঙলকপদগী'ন। অহুনা

তৌবমক্তি ইমানা ইচাবু ফজন্‌নিংঙনখ্রুত্না তৌরুবনি, হায়বদি মপা অদো এনাক খুনবদা মমিং চংলদো, মচিন মনাও য়াম্নই থুংফর-পাক্লিদো, মদোমদা খল্লুপদগী ইমানা চোংনরুবনি। মগানা মচানু মুংশিবা, থোইদোক হেন্দোক্লা মচানুপীবু মুংশিবা হায়বসিদি ভাক্তনা খজদোবা নত্তে — হয়েং নচা-নও পোক্লগা খঙসকদোবনি। হন্দকী য়াকম অসে চুম্নগী ভাবম্ব রা নত্তে, ইমাগী মাংমক্তুদা থোকইবনি। ইচাগী পাউথুম অদো ইমা ভাব ত্তরে। হৌজিক্তি নপা অমদি নবুং অচুম্বা ইচাবু থাজরিবা নিপাসে মসিদগী অতোপ্পা অমদা হোংগে, ইমা খনগ্রয়োই” মমাগী য়া তাহগা লত্তা তুমিন্না মপান থোকখিত্রুনা ফী শাত্নুনা লৈখ্রে। মুমিং অসিদগী লত্তা কোম্থোং য়াংমা লাম্না থোকখিত্রে। থৌদোক অসিগী মরম হাইবেং তারকপদগী কুন্দসংস্ত কাসেন চাংত্রুগা লত্তাবু লুহোংত্নুনা কথোকপ্রপে খন্দনা লৈরে।

চৈরাওবা নকয়ানি। ইমুং থুংদিং মাগী মাগী ময়ুম মকৈগী অমোং-অতাই শেংদোকপা, লৈকাং কল্পবনচিংবদা খবক চিন্নরি। থুজং থুজংদা লৈবা পুখ্রি অংগৌব, ভুরেল মচা ঈশিং ঈরীবনচিংবগী মপন্দা কাংখল-মুংখল, ফী অমোং-অকই শুবগী শৈনা ক্রক ক্রক ইন্নরি। কনা কনাগুম্বী খরা তৌডম্বী কাবুনা অমুগা কাংখল অচু উতি-সুখা লাক্লগা পুংশ্রদা, ভুরেন্দা পুখত্নুনা থাদোক্লি। হক্কচানব ঈশিংস্ত মকম অসিদগী নত্তনা লৈতবনি; অচৌবু হায়রিবা মীশকশিং অসিগী তৌগম্বনা নমখেক্তনা চথরিবা থাক মত্তা অহু উবদা মিংশি নারবা কনাগুম্বী খরনা ময়ামস্থ মথক্ত ঈশিং লৌখংনরপা শুদোক চাম-থোক্লরি — ময়াম্না তৌনরিব, অসিগম্ন তৌবরদি ফনিদকোদা হায়-

রুবদা, 'মপা কনাবা তৌবা পুন্নি-ভূরেম্নো' হায়রগা অহোইনবম হেন্না হেন্না শুজিন চামশিল্লি। ময়াম শিল্লরুগা চিন্দা-পাওদননা খংনবা পামজদবা অতুগী মথক্কা মীৎতাশিং অতুগী কাংলপ তৌবা চিন্নান্দগী খোরকদৌরবা অকাম-অপেংবী খোম্নোকশিং তাবা কিজবা কাংবু-শিংনা মাগী মাগী ৎবক লোম্নশিন্দুনা ভূমিন ভূমিন ময়ুম পাংনখি।

কনাগুম্বী অমদি "ঐখোয়গী মন্নুংমক্তদা ময়ামগী কনবা হৌ-দোকচিকাও খংন চৈনবা থোক্তুনা য়েংথীনবা পোক্লবা কয়স্বা মতমদা কোক্লগবা!"—হায়রমই।

অস্নুম্বা মতমগী অয়ুক অমদা মেরা অমস্তুং রামসিং কুন্দসিংগীদা লাক্তুনা কাংলেনগী অস্নুরাইদা লুহোংনবা তৌবিয়্ন হায়জররে। চান্নবা পাংমতুনা লৈরবা কুন্দশিংনা লুহোংনবা মুমিৎ অমা য়েংলগা থুনা খওদবা তৌজরকে, হায়রবদা রামসিং অমস্তুং মেরা মপুকনাং লৈতানা হল্লকখি। কুন্দশিংসু অয়ুক পম্বা তৌদনা মুমিৎ অসি-মক্তদা উসম পামিদা তনচৎ-চৎতুনা য়েংষ্টরে। পাপ্পিনা য়াম্না খুনা হোংবা পাম্নবদি কালেন তৃতীয়া মুমিত্তা তারে, মথোয় অনি অাস য়মা পক্লে, ধারা কোরপ তৌবতুগী প্রতিকার লুহোংবা মুমিত্তা বথোকহৌসি তাকপীরে। প্রতিকার অদুস্তু ওজানা তৌবিগদৌবনি হায়রম্নগা হল্লক্তুনা মরোল অদু মহাকী মুপী অমদি মচানিপা-শিংদা তম্নরে। মপাগী য়া তারগা মবুং অচুম্না পাজীনা লৈপ্পিবা মুমিৎ অদু ঐখোয়গীস্তু মুমিৎ অদুনি; পাজীনা খন্দুনা অদুম্বক লৈপ্পিয়্ন" হায়জরে।

অদুম্না লৈনরবা মতাং অসিদা মুহোংনসি না তোনশীজগী পোৎকমদা

ওথোক্লবা মতুংদগী লত্তানা মশা মতোমতা চোকশিনজতুনা কোংম্ভোং রাংমা ক'উবা থেক্লবা মন্তৌ অসি উবদা অমদি মমাংথোদা মাধবীনা তেম্বগী রা তারগা লত্তাবু এনাক কৈরাক খুনবা, মচিন-মনও খুজন পাঙনবা অতোপ্পা অমদা থাজনিংবগী মোং অমা কোংখিবা অতুগীস্থ মথক্তা নুংশিং শিংতনা উনা লেপ্তদে হায়নবগুম মীনা ক'না কানি ভাংনবদগী মুহোৌবসিংনা তেম্বদা পৈশা পিতুনা চমুনিংত্তোল শেমচরবা হোংবনরি হায়বা রাকম অমস্থ চাওয়'ইমনা তারে। অতুগা চাওয়াইমনা মম'বু তোনশীজগী পোংকমদা মথোয় অনি চিক্লা রারী শ'নরম্বা অনিরকস্থ থে'নখি।

মহাক্না থেংনবা অমদি তা'রিবা রাকমশিং অসি মমাদা হাইকেং তংদং ওইনা খঙহনবিংবনি, অতুদা মচন নুপী লত'না য়াম্ন চোক-শিন্না লৈরকপা উবা ফ'বা অসিবা চাওয়াইমা রা অমতা তংলুবা তংদনা লৈরে।

চাওয়'ইমা মহাক্লস্থ মঁচোন্দা লাল্লুববা মীনস্থ মত্তোন্দা লানবিং রকমু হায়বা মীওংনি।

মাধবী, তচৌবা মরালমক নত্রবস্থ, ফগাম্নংবগী রাখন্দা পইরবস্থ নচ'নুপীবু অরোনবদা শেমদোকে হে'ৎনকবী মমা অমা ওইক্লমনি অতুবু মচানুপীগী কজবা লিচৎ-শাজংনা খুম'খবনা কনানস্থ মরাল অস্থ তশেংনা উবা ওম'খদে!

চাওয়াইমা লত্তাবু য়াম্না লুনা তোঁজবা মবু'নি। মহাক্না পুকনীংদা হাইকেং চিংনবা অমা লৈবসিদা মচনমুপীবু মহাক্না পংকুই কুইনা থম'নংলক্তরে। অতোপ্পা মরম অমনা লতা অসি থাজ তোঙ্গবা

চপচাবা ফিভমদগী হেন্দোকনিং ওইরকপা মতাংনি। মরম অদিদগী মহাক্না মপানা মখোয়দা নিংশংখিবা মুনিং অহুমক্তদা শোইদনা লুহোংখিনবা অমুক হন্না নিংশি উরে।

ৱ ফম অদি কুন্দাশংম্ব হাম্মনা লেপ্তুনা লৈরম্বা ওইবনা হন্নাওনা তাবিরে। মপানা মাগী ৱ'দা হন্নাও হন্নাও হাবিবহুনা চাওয়াইহগী কংলি কংলবা মুংশিং নেমথখহনা মপুকনীং লৈতরে। মতৌ অম্মুম্না মপা মচা নপোম্ব মহম্না লুহাংবগী তং তাবা মুনিং অহু লেপ্পবদা কুন্দশিনা মেরদা পাও অহু য়োইনখরে।

নোং তাম্লপা মেরা রামসিং লাক্কুনা কুন্দসিংপা উনহনা মরোল পুম্নমক হেন্দোক্লবগা লোইনবা লুহোংবগী তং তাবা মুনিং লেপ্পর মখোয় অন মপুকনীং মুংতাইনা হল্লকখি।

---

(১১)

হয়েং হৈজিংপোৎ পুরুপ হুংলং লুগোবা মুমিংনি। মাজুব থনবা লমতু শেংবা লোয়খরে কুন্দসি এফম অহুগী মীশক অমা ওইজবনা মাগীদা থোকপা থবকসিদা মীনাচিংলুরাইক্ক চাম্পদরে। মঙনি তরনি ৱাংলৈনদগী মতি মতনা লত্তাবু চাক কৌবন মুমিং অমত্তা হংখিদরে। তসিদি মবু অতম্না লত্তাবু চাক পিজগদৌরি তসিগী চাক্কি লতাগী মমম্নবা পুম্ননক য়াউগনি। অদুক চাক চারপা মুমিদানা ওদা মাঙোনজাওবী মোহর শাহ তাগনি।

হৌখিক চাবা থকপা লোয়খিদুনা সুমিদাংরাই ওইরাক্লে। মবুং অহুম্বা মমাম্বাশিংগা লোইনন' থা মৈ থানবা, ফৈদা থাবা লোয়থরে। মন'ল মমাংকশঙ্ক্রবদা লৈশাংগী ভহল লম্মন লাংপা হৌরে। মক ওইনা অডা শিং কাক্লুনা মরাং মরাং তৌবা হৌনরে। মতৌ অদু অমুম থল্লুবা, উরুবদা লতা লৈফম খভদবা মওং অম' ওইরক্লে। মহাক লৈফম খভদবী ওইবদগী 'ইমা! ঐ চাক চানীদ্রে' হায়মগা ফমুংদা হিপখদ্রে। মাধবী পাখংভুনা মচাগী মরাইবক পাংদুনা য়েংলে। মমাগী চৈদৌ উবদা লতানা 'ইমা ঐ থরিস্ম তৌদে, চাকৌবদা চৎলুনা লৈরকপদুনা চবেংমৌনদুনা তৌবনি।" খুম্মকই। মচাগী পান্থুম অদু মপুরোইবদা ভংলুবদা মচানা চাক চাররোই হায়বদি মৌপরাগী ফুজ দা থজিক্তং থেংবিরগা মথোয় অনিদি তোক্লস লেপ্নরে।

মতম অসি ভাবক মপুং ফারক্লুনা ওজাগী ঈশৈ হৌরে। ময়াম মরাং মরাং তৌরম্বা ঈচিক হুম্বা লৈনখবে। মমাম্বীশিংনা কতাবু থিরকপংনা লতা লোগংকক্লুনা মমান্নবীশিংবু তরাম তরাম ফাম্মুন্নরে।

ঈশৈ অদু পুং অনিরোম শক্লগা লোইদুনা ভাবক ময়াম হুন্নথরে। লতা মথোয় মখুং হায়দুনা য়াহিপকমদা চখরে। মৌপরাসু চৌবি চাক চাদুনা তুমখরে। মপা মমা অনিস্ু মথোভ হাম্লগা পোখানখরে।

কুন্দ সা অমসুং মাধবীদ মভানি তরানি রাংলিটৈদগী তুঙ্কম চাকম খভকক্লবনা ফমু চঙখিবগা তুমখুন হুনখরে। মচাস্সুপী লতাদি মপা মমা নবুং-মৌপরা ময়াম থাদোক্লুবা চৎলনিকো খল্লুবদা খাংভমদবী ওইদুনা মিৎভা পিরাং শিন্দুনা ওন-থোইনা খাংলি। মসিগী মথক্তা মহাক্লা য়াম্বা লুনা মখুংমক্রা পিজা-পিথক তৌদুনা য়োকচরকপা তেনবাগী

থল্লবদা অমুকন্ন হেন্না .কাকচাওবী কাহনা লোন্না লোন্না কম্প্র। অসুন্না লৈরিবী লন্ডাব্ নোংম্নাই মতুং পুং ১॥ রোম ভারকপা মতমদা নিন্না কৌবী লাইরেম্বীনা মচা মমোমশিংগী মমুংদা হেন্ডোংজদবী, মমা মপা লুনা নীংবী, মবুংশিংবু কিনা চচ্চবী, ধর্ম্ম কায়জদবী মমোম অমনি লোবিহনা ওহাক পুঙ্গোই তুমহিরে। মমা নিত্রাগী মতম্পাক্তা পোথা-জরবী লন্ডা কাকথোং অহানবদা মিকপ থোরে। মহাক কমুংদগী পৃথিবি মরাইবক কংহুনা থোরক্রপা বৃন্দারাণী অমম্নুং মুমিং থুক্রয়ে। মতুদা তেনবাগী অক্লা পুথোক্তুনা মাগী মানফমদা মান্নরে। মহাক মচিন ময়া শেংলুরগা মথোঙ-মথুং হামদোকউরে। চে' খুজোক তংথাই অমন্তং চৌবি থোংক্রে, অয়াথবী অমুনবা, চু, পুথোক্রে। মতুংদা মথোয়গী নাকন্দা চেম্নিবা লোক্তগী চেম্বরকপা ঈচেম্মগী ঈশিং থরদং ফীজুম চুমহনা শোকলুরে। পোংলমশিং অসি মংগী তেনবাগী মনাক্তা থম্লগা বিদায় তৌনরকই।

মতাং অসিদা মুমিং মশেক থরা থরা লাক্লে; অহুব্ লন্তাপি মাগী তেনব'দা মপুকনী লুপথিবনা মুমিং মশেক লাকপা অমদি মপা মমা অনিনা হৌগৎলক্লপা থোংজিন মকমদা মথোয় অনিগী মতৌ য়েংহনা লৈবা কয়ি অমন্তা থওখিদে।

বিদায়ঃ—

ওসি কৌবা মুমিংসি
নিংতোন ওইবী ঐহাকী
তম্পাক য়ুমদা লৈবগী
পুন্সিসিগী মুংথম্নি।

হয়েং ইমুং ভান্নগা
পম্হো শগী পুন্থনা
মানজা মাপী সাইকোন্দা
নিঙ্গোন থুম্ন ভাথরে !

নাওরা মুং শ শাম্নরোম্ন
নিংঙোল ঐগী খে'ইদারোম্ন
পোম্বি নঙবু করম্না
থনমশিগে ঐহাক্না !

× × × ×

ভাস কৌবা মুমিৎতা
নত্তা ঐনা খে'ক্লবা
তাউজিং হৈরাং অমুনবা ।
নপুক পেম্না চারোকো ।

তাউজিং হৈরাং চাবগা
নত্তাই খুৎনা থোংজবা
চৌবি তরা চাকপিন্ন
পোম্বি নঙনা চাবিম্ন ।

লোকৌ ঈশিং অরুবা
ঈচেল ওইনা লাক্লবা
নিংঙোল খুৎনা শে'ক্লবা
ইতা নঙনা থকপিম্ন ।

× × × ×

নঙনা চে-চে কৌবদো
নিংথোল থরায় পেনবদো
ঙসিদগী লোইরেদো
হয়েংদগী ত'রোহদো !

নংগী চেক্লা নহাক্কি
পোশ শুহনা য়োকচরী,
থাংদে ক্রুপ হৌজাক্কি
না'নং ঙম্মা পা'ইখরো !

এনা উরে শেংপাদ
নঙবু মুং'শ লম্নানি
ফীবাম 'ঙ' বা চয়বনা
নঙবু কাউদপরম'ন !

'চে-চে' 'চে চে' খোংবরো
ইবু পম্না ত'হ'ম্না
নখোঙ'য় হিলং থংলগে
লম্বী নঙগী ফাংলগে ।

× × × ×

পাইয়ু চেংনু য়ুদরে
চে-চে তেইনা কৌথরে
নিংথোন কোক্কা ত্তোংখরে
'চে-চে' 'চে-চে' খোংথরে ।

নি'ঙোল পিরাং শীগ্গরে
হিক্লা হিক্লা কপলক্লে,
কৈক্তৈ চেক্লা কৌধরে
পোগ্নি চেৎনা কোনথরে।

× × × ×

নিঙোল মতৌ উৎদা
পোক্নি ফিভম য়েংবদা
পাংথম পাম্ভৌ অনিনা
থেন'জল্লরে পিনম্না।

নিঙোল পোকপী পংম্মা
কে'কথুম ফাঙি পাচ্ছনা
মচই পিরাং তৈথোক্লি,
পোগ্নি কাক্লা নানবির।

পাম্বৌ মপা অপোকপা
মহোম চিংনা য়েংগা
পিরোইনবা মিৎকয়া
রাশক পরৈ শরীরি।

ইচাই অঙং অউন্দা
ইপাই থৎনা পুহ্রুনা
শোইদ' য়াওপে উরেংবী
মাচন ওয়াল ঙমখবী।

## (২)

## লুহোংবা

গুসি লুহোংবা হুমিৎনি। হুমিৎ মুংখিবা মতুং পুং অনি তারে। হায়নখিবা মতুং ইম্না ঈশৈ শকপা, পুং ৱৈবা লাকপা হৌরে। লৈকাইগী অহল লম্মন ভাবক খরসুং লাক্লুনা তিনবা হৌরে। পুং অনি মথাই তাবদা খুলগী ঐজ্জা অহল লেঙতক্লুনা মাগুব মপুগী কমকমদা লেংশিল্লে। উসমগী ওজা পাখ্রিস্থ লেঙতক্লুনা কন্যাগীদমক্তা তৌহৌগদৌবা প্রতিকার তৌবা হৌগ্রে।

অরাংকমনা লৈ চন্দন কংতুনা পালা কোইরবদা ঐজ্জা মাগুব মপু লেঙখৎতুনা 'হরিধ্বনি' তৌরে। ঈশৈ হৌরে। মেন থাগৎলকপা মতমদা বরগী মাং থারকপা নিপা ময়ুমরোমগী অহল-লম্মন থুংলরে। মেন থারমদাইদা বরস্থ য়ৌরক্লে। বর য়ৌরক্লবদা অরাংকমনা লেউতি-নচিংবা পুখোকতুনা গুকল্লুরে। বর চংঙকতুনা কমকমদা কম্লরে।

ঈশৈ অমদি মতমগী মতাং মতু ইম্না মাগুব মরাই বংই তৈতুনা পুরোহিত ব্রাহ্মণ অমসুং কুন্দসিং থোরকতুনা পূজা হৌররে। পুরোহিতকী য়াথং মতুং ইম্না লুহোংকাল থাররে। লুহোংকাল থাররবদা বরবু সেন্নবনা গাক সেন্দুনা পুথোরক্লে। সেন্নবনা বরবু সংকীর্ত্তন অমদি মাগুব মপু খুরুমহন্নগা পুশিন্দুনা লুহোংকান্দা কমহল্লে। মতুংদা কন্যা যাত্রা তৌকরগা কন্যা পুথোরক্লে। কন্যা সেন্নবনা কন্যাবু সংকীর্ত্তন, গুরু, মাগুব মপু খুরুমহন্নগা পুশিন্দুনা বরগী মাং ওইরপ্পা নোংচুপ ওয়া কমহল্লে। বর অমদি কন্যা পূজা লেংইরগা কন্যাদান কংলে।

বর কন্যা অনি থম্রাংনা কবলবদা কোটেপ্রাকর থোরকতুনা

কোটো নমদরে। কন্থাদান লোইরবদা কুন্দসিং কৈরোই-লৈকাইগী অহল-লম্মল, মরুপ-মপাং অমদি মুপী-নহাশিংগা লোয়ননা মচানুপীবু যরগী মুখদা থিন্নরে। কুন্দসিংনা ময়ুমদা হন্নকদমদাইদা লতাগী নাক্তা চংহনা লতাগী তেনবাবু পিবিরগা লোইননা মঙ্গল আশিব তৌবিরমই।

---

## ( ১৩ )

## মীয়ুম্দা লতা

হৌজিক্কি লতা মৌগী শীংদা চন্নবনিনা মৌ অমনা মপুরোইবগী সেগাগা লোইননা ইমুং অতুগী অহল লম্মনগী তৌকম থোকপা সেবা অহুম্ন তৌবা হৌখরে।

লতাগী রাঙাং-শাঙাং মুংশিবা, শাজং-লিচং কজবা উবদা মেরা অমসুং তমুবীনা মহাকপু চুমগী মুংশিফম থোকপগী মুংশিকবদা নত্তবা থাজবা অমগা লোইননা মুংশিখরে।

লতাগী শাজং-লিচং কজবা অতুনা কৈরোই-লৈকাই ফাওবগী কিদয়কম, মুংঙাইনফম ওইর'ক্ল।

অমুম্ন লতা লৈরবদগী মেরা অমদি তাগ্যসিংনা শুরু নোম-লুবা থবক খুদিংদা যেরা ছরা চেন্দবা চাওখৎপা হেন্নক্লি। অমুম্না চহি অনিরোম লেপ্লক্লবা মতুংদা নোংমদি লতা থোইজি মিহুন কাংবা ফুনিং অমা থোনখরে। ফুনিং অসিগী মতুংদগীদি লতাদা চরে-চমৌনবগুম্বা মওং অমগা লোইনবা, চারু থকলুরগা ওনিংবগুম

তৌবা অমা ফাওরক্রে। মও' থিবিক অ'স উবদগী তমুবীনা মহ'কপু থবক ইংথাং কম্না নোমহন্দবে। হা অসি তমুনৈদগী ফারবদা মেরা মপূক্লীং যাম্না কুপ্পাইরে। নোংমা নোমা চৌথিজনা থা তরুক হায়-রক্লবদা মেরা মতৈ মনাওনা মচা মোবু অকনবা থবক নোমহন্দরে মরু ওইনা পোৎলুম থাজবা, রাই তৈবা, অমম অপেন্দা চৎথোক-চৎশিন তৌহন্নরে। থা তরেং মপূ ফারক্লবদা লাইদা পঞ্চামৃত কৎতুনা অমৃত অদু পিথকই। থা মাপন হায়বক্লবদা তমুবীনা ওজা রামসিংগা তাম্নদুনা গর্ভধারণগী মতাং অদু তহল্লি।

অসুম্না নোংমা নোমা চৌথিদুনা থা ওয়া মপুং ফারকপদা লত্তা মচান্নুপী অমা ফংজরে। নুপী পোক্লক্লবদা মেরা, তমুগী, ওপ্যাসং নিংবা থরা কায়বগুম তৌই; অদুবু কৈরেই লৈকাইগী অহল-লম্মশিংনা অহানবদা নুপী পোকপদি চাপোক চুমই, য়াম্না কৈ, তাকপীরম্বা অমম্বা ওনরকপা তাবদা, ময়ামগী খোল্লাও অদুনা মখোয়গী নিংবা থুংফাবগী লৈচিন অদু থরমথেদ হাইদোকপথি।

অচাং-নুবী লৈতবা ইমুংদা অহানবা পোকপা ওইবগা অদুগী মথক্তা মখোয়গী নিংবা থুংফাবগী লৈচিন অদু ময়ামগী অচুম্বা, ফজবা খোল্লাওনা হায়দোকপিথিবনা মেরা তমুবী অনিগী পুকনীং লুংঙাইরকতুনা মশুন্নুপী কোকহন-লাইহনগী ষষ্ঠীপূজা নীংথিনা পাংথোক্লে।

হৌজিক্তি মেরা মতৈ মনাও মশুন্নুপীগী কুচৈ উবদা পোকপ-দগী থেংনরকত্রিবা লুংঙাইবা মথল অমগী ঈপান লাংবা ফজরে। পাজিবা মতুগী মমিং 'আনন্দী' পোল্লকই। মেরানা পাজিনা থোল-

লাক্লিবা ম'ম'দা য়াওবা ময়েকশিং হুদগী 'অ' দঃ লৌরগা মশুমুপীগী মমিং 'অ শারাণী' থোল্লে।

অ.শ র'ণী ইমুং অচুগী আশাগী তুংনকম ওইবীনী। অসুম্বী আশারাণ.ন. চহি মঙা চংলক্লকাও মখা নাওরোন তাথরকত্রে। মতৌ অ'সদা ইমুং অচুগী মীকোক মরিবু নিংবা থুংদবা রাখল অমনা কোইচি' 'চিংচুনা মাইকৈ খুদিং পুনশুম তৌরক'লি। মরম অসিদগী ইমুং অচ অর্চ্চা পুজানা খুরক হাংলক্করে। অসুম্না চথরকপনা আশা-রাণীনা চ'হি তরেৎ হায়রক্লকাও কচ্চমন তৌজমনগী মহুৎ অমত্তা উবা ফংদ্রে।

মতু' অসিদা মেয়'দা, মহাক্কী অরোইবা য়াহিপ ত'ম্লকপগী অনাবা মখল অমা লাকপা হৌরে। মহ'ক্কী লাইনা'দি চংবানি— চংন চংন ময়'ং ক'শিল্লকপা, চাক-এসং' মহাও থঙদবা অসিনি।

মহ'ক নো মা নোংমগী খোঞ্জিল্লক্লে। পংলাপ লা'প্পা চংথোক-থে'ত্তোকপা ওমশিল্লকত্রে! মতাং অসিদদি ভাগ্যসিং অতে'প্পা রাখল পুম্নমক থা'দ কতুনা মপা। শক্লবা মাই ম'ম্মগী রাখল্দা লুপলকলে। মহাক হৌজিক পাম্মুবা থঙদনা মাই ম'ম্মবু লাইহেবা হৌরক্লে।

মহাক্কী লাইনা অ'স অরে'ইবা য়াহিপ ত'ম্লকপা ওইবনা লৌরু তৌরুবা পুম্নমক নুংদা ঈশিং চাইবা তাথরে! থৌদৌ মঙা অসিদা ইমুং মনু'শী মী পুম্নমক রাখল অমা হোংলকতুনা লেঙদবা মাইবা অমা থম্নবা রা তাপ্পবা হৌরক্লে। অনাবা মশানমু কাংথ'ন কাথোক কাশিন রা'র, ফম থাজুনা য়াহিপলগে হায়রক্লে।

অসুম্না ফমংশন্নমা মঙা তরানি লৈরক্লবা মতু'দগীদি চাক থুবাম-

মুক চারম্বা অমসুং চারক্করে। চাক্কী মতুংদা চা-চবোম্না শিল্লক্লে। কিন্তম অসিভা ভাইতুনা লৈরমলবা লোকখু অমসু লৌনা লৈথেং হাপলক্লে। লৈথেং অসি লাকপদগীদি অনাবা মশা মতোংমতা, পাকুই কুইরবোই খল্লকপনা ভাংগ্যাসি বু কৌশিন্দুনা বেশ ওল্লপা নোংমা নিনিদং বাস তৌতুনা লৈনিংবগী ভাব উংপগা লোইননা রামসিংবু কৌরুনবা নিংশি লক্লে।

মতম অসি অয়ুক্কী চংব হকপা তোংক্লরবা মতমনি। ভাংগ্যাসিং অমুক পম্নুরুবা তৌদনা রামসিংগী ভাম্না চৎখিতুনা মবোল পুম্নমক ভমল্লুরে। রামসিংসু চাক তোকতুনা লৈরম্বা ওইবনা পাঙ অমসুং ভাবগা মকী ভনহোং হেং তুনা ভাংগ্য সংগা লাইনতুনা লাক্লে। মরুপপু উবদা মেরা হোঁগৎতুনা ফম্লিই; অদুবু হোঁগৎপা খরা রানা খেক্ক-দোবা ওইবনা মখুৎ লোম্নতুনা মশিম্না পারম্বা পিগী ইচেস অমগা লোইননা "ইভাও! এ হোঁগৎপা ভংলোইদোরে রবোম্ন" হয়-রকপদা ইভাওগী মুংভাইদোবা মওংভদা য়েংবিয়ু; হয়েং ভরলক্লগা চামরক ফম্মরকনি। নিনি মরক্তা লাকতুনতা লৈরিবা এবু ভসি ইভাওনা লৌরিবা অসিগী মরম করিগীনো, হংলে। (রারপনা) ইভাও! অতৈ রাগী নত্তে, এ ফরকনি থাজদরে; অদুনা এ বেশ ওনবা পামই। মদু ওনবা ভাবনা হৌজিক ইপাঙল, ইরৌশিং খরদং লৈরিতৈ অসিদা মরম অদু নাংথিনা খঙনৌই। অদুগা বেশ ওল্লপা নোংমা নিনিসু বাস তৌবা পামই। মদুগী মরম অদু ইভাওপা ভানং-নিংতুনা তৌবনি।

রা অদু ভাবদা "মদুদি য়াম্না ফবা রনি। মরম অদু খঙদোকপা

অমদি বেশশিং অহু কংথোকতুনা থম্বদা পোইদোকপা অক'ইবা লৈরোই। চহি অমা অনি রাংশিঙৈদগী কংথোকতুনা থম্বা অম'দ মরম অহু নীংথিনা ভাব ভাথোকতুনা লৈবা অহল-লম্মল পিক থম্না লৈ। ইভাওনা ভ'কপিরিবসি ঐগী যোংভদি য়াম্না পামজৈ. ইমুং মচুগী রাদি থঙদে থুমলবদা মর'মুস্ত মচু পাম্নবা যোং কোং'দ'ক্লে।

মতু'দা স্বামজীগী রা অমুক থম্নরকপদা মেরানা "স্ব'মজী'দ, ঐখোয়গী লমগীস্থ ওইবা, অহলস্ত ওইবা ঐজ্ঞা গোপীনাথদা অ'শা তৌই" হ'য়রকপদা ঐজ্ঞা গোপীনাথ কে'কচুনা মেরাগা উনহল্লে।

অনাবা মশাগী রা অমদি ইমুং মচুংগী যোং মতুং ইন্না গোপী-নাথ শর্মানা সুশিং অমা য়ে'তুনা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুদা ভো'গ কংতুনা বেশ পুন্নমক ওনা কংলে। সুমিং অচুনা মচ'প্রসাদি ফংবা মতু'দগী মেরা নিরামিষী ওইখরে। মহক স্টেড অতে'প্পা র'থল তৌ'হিদ'রে নিতিগী ভা'গবত মতেক অমমম ভাব', নাম শোনবা অশোনতদা মপুকনীং লুপহন্নবা অভ্যা'স তৌবা হৌখরে অস্নুমা মঙা তক্র'ক্র লেন্নক্রবদা মহাক মশা য়ম্না' শে'ন্থরক্লে। মত'ং অসিদা মহাক মশা মত্তোমতনা রাখল অমা তৌজরকতুনা মচাকপু মাঙ্গোন্দা বাস তৌহন্নবা হায়রক্লে। মর'মুস্থ মশানা পামজবা মতু ইন্না সুমিং অমা য়ে লগা মাঙ্গোন্দা ব'স তৌহল্লে। নোংমা নিনি মচুংদা মেরাগী পুকনী'দা বেশ ওননিংলকপগী রাখল অমা লাংতুনা ওজা তে'লেন মাইবদা থঙহল্লে। ওজা তে'লেন্না অতেপ্পা মাইবা অনি পুরকতুনা মুম্না য়ে মিন্নরে। মখোয় অচুম চু শিন্দুনা থম্নরগা মতু দা অনাবা অচু কুইরবদা চয়োল অমদগী হেংনিঙাই লৈরবোই লেপ্লচুনা অনাবা

মশাগী নীংবা থুংনবা ওইবা যোৎ অচু পীরে। মাইবনা পীবা যোৎকা অনাবা মশাগী যোৎক', অ'নি অচু চানবা উবদা নুমিৎ অচুগী মতুং নিনি কোনবদা যেন্না বেশ ওল্লে। বেশ ওনবা নুমিৎতগী নিনি কোনবা মমশকৈশ নুমিৎ অয়ুক পুং ৫॥ তাবদা যেন্না যত্রা ওইখরে।

---

## (১৪)

মাই মাম্ম বাবাজীগী চিঁউড়া-উৎসব লোয়শ্রবা মতুং অ'সদদি ভাগ্য'সিংগী ইমুদা নিপা মরোমদোমতা ওইবা, মচস্ত নুপী অমত্তং পোক্লগা মখা তাখরক্তব ক্ষিতম অসিদ মহাক নংবা কায়বা ওইরে। হৌজিক্তি মহাক মচানিপা অমত্তং কমদোরগা ফংগদগে হায়বা রাখল অশোমদা কম্না খনবা হৌরক্লে। মহাক্না খল্লুহনা লাম্ব ফংবা লম্বীদা ফংবা লম্বীদি নত্তবনিনা অগল লম্মন লাইগুরুগী নাক্তা চত্তবা হৌরক্লে।

নোংমা কনগুম্বা অহল অমনা, মহাক মশামকী হাকত্তকত্তা মচানিপা অমত্তা ফ'বিত্রবদা মমৈথদা বৃন্দবন্দা চৎতুনা গোপেশ্বর মহাদেবদা শঙ্গোম হৈক্লবদগী মচানিপা হৌজিকমক লৈরিবা 'দেবাসং' অসি ফংই, তাকপীরকপা তাবদা ভাগ্যসিংগী পুকনীংদা অমুক্তং বৃন্দাবন ফংউগে চপ মুংনা লেপখ্রে। মসিদা লুরিবদি, করিগুম্বা ঈশ্বরগী থৌইনসিন অমদগী চৎপা তারকপদা মনেবুম্ব পুনিংই। মনেগা মাপা চৎপা তাবদা মাগী নুপীগা মচানুপীগনা কমদোবা। রখল অসি খন্না খন্না অস্তুম লৈরবপনা থা থাগী দিন তারকপদা ওমজবা লুক

হংহুনা লাকপহ্ন লোয়খিনকুনা কিয়ে'ই য়োৎপোবা থা অনিতা ভা'ইরক্লে।

থা অমা অমুক হৌখিহুনা লাইদা লুক কৎখরে। মতাং অসিদা ভ'প্যা'স'হনা থনকই 'মাস্ম বাবাজীগী চিন্তামণি অসি ফক্লাংদা য়ান্নুমা লৈবসিন য়ে'ব লুংঙাইবে ঐ বৃন্দাবন্দ চংখিহুনা ফিরোই অসি আদা কংলুরগে। মাহু কৎপা চৎপদা 'গোপেশ্বরদা' শরোম হৈহুনা কৎপস্থ কংজরনি।"

অমুমা থমুহুনা মহাক রামসিংগীদা লাকুনা মরোল পুন্নক ভার-রবে। রামসিংনা 'আদা কৎলুবা হায়বসিদি য়াম্না কৈ—থবকস্থ অনিয়ক থে'ক্লে। থাজরিবা ঐথোয়গী দি শ্রীধাম কংজবা হায়বসিদ পোকপগী অচৌবা মহৎ অমা য়ানে লৌনরিবনি। অহুগা আদা কৎলুনি হায়হুনা অসিবা থরদং কৎলমদনা চৎপদি ঐগী মোংতা কয়া পামদে। মরমদি গুরুদি অসিদা লৈহৌনদিনা। অহুনা ইন্দ্রাক্রা চৎপদা লেপ্পুনা চৎপা ভারবদি গুরুগী আখড়াদা হুমিং অহুদা কৎন-নবা চেং মেরুক অমত্তংগা পৈশা থরদংগা কৎলম্মু। মাহু ঠাকুরদা কৎলগা ভেক গুরুনা ফংবিনবা। অনো, হন্দক' থো'কম অসিদ নবে পুরুরমু। নবে পুরবদি নয়ুংদা মকাবরা থরা লৈ। কুপা লৈরগা মতুদা নঙনা নীবা পুন্নমক থুংগনি। অহুমকপু নবেদা হাদবনি য়াদে। অহুদগী লুরিবা অমনা থোংবু য়ন্দ্রবদ কংফৈ চৎপা য়াম্না রাবনি। থোংবু লৈরবা, লৈত্রিবা?

মহু, ঐখোয়গী খুন্নোয়বগী মুপা, হুপী মথোয় ভরেৎখক চৎক-লৌখি হায়বা প্লাও অমদি ভায়; ভাদ্দাংবমক্তি ঐ খঙজরি। মহু

করিগ্ো হায়বদা ঐগী চৎপা-চৎভবা অসি ঐতনা অসুম খল্লকপনি ; ঐনা খঙ্ববা অহ্ মাম্মগী লাক্নুা তানজররিবা অসিনি ।

রামসিংনা 'ফরে. ফরে, ঐস্থ মাওনা চৎকনি । হোরেন সু থিন্দো, হায়রিবা মিস্তাশিং অহু উনহনা ভাংনরুসি " ভাকপীরে ।

ভাগ্যসিং ভ'ব পুম্নমক :হাহুনা হল্লক্লগা মনেনা মাগী পুকনীংগী রা ফোংদে ক্লরে। মাগী রা অহু মনেনস্থ হরাওনা য়াম্বিরে। মনেনা য়ারিবগী মরমদি মাষ্ট মাম্ম বাবাজীগী ফুস অহু কুইনা থমহম্লিংদবগীনি । অহুগীস্থ মথক্তা ভাগ্যসিব্ লাইকমদা চৎনুা তীর্থ স্নান কংহম্লি'ই । মহুনা মহাক্কী পাপ কোক্কুনা মচা ধার পাম্লকপরা খনবা ভ'ব অমস্থ য়াউরি । ওইমৎ চাৎরক্লবনা রামসিং লাক্লে । তমুবীনা র'মসিংবু মপুরোইবগী চান্নবা মরুপনি হায়বগী চপ চাবা সম্মানগা লাইমনা সেবা তৌই । ভাগ্যসিংস্থ থোরক্কুনা 'মম্ম' হায়না খুরুম্নগা ফম্লরে ।

মথোয় অহুম পুম্নবদা রা অহু হৌদেক্লরক্ল । ইন্দকী তীর্থ চৎপসি তমুবী মাও'দ য়াওনিংলগা ইমুংগী খল্লুবদা লৈহোনবা ফগৎো-মাল্লে হায়না মাগী মোং পিরে ।

রামসিংনস্থ' মহুনা চুমগদৌম'ল্লে—কুপা ৈসরগা ংসক'নি' হায়-রবদা মথোয় অহুম মহা লেপ্লরে ।

রামসিং হিদাক ও'ম্বক অমা থক্লগা ভাগ্যসিংগা লোইনহুনা তীথ চৎকদৌবা কাংবু অহু উনবা থোরক্লে। কাংবু অহু উনরে । চৎকদৌ-রিবা মথোয় অহু মতৈ-মনাও, মতৈ-মনাও মথোয় অনি অমা, লুখাবী মচানিপা চহি অনিরোম ওরবা চেনবী অমা, অহুগা মীয়াই চন্নবা

নিপা অমা। অকোনবগী নিপা অসিনা কাংবু অসিবু লমজিংগদৌরি। মহাক্তি ল কৈ ভোইনা চংলবা মীত্তানি। মমিং 'পঙোই' কৌই।

পঙোইনা লুচিংবা কাংবু অদুনা যাত্রা তৌগে লেপলম্লিবা মুমিৎ অদু ভাগ্যাসিনা কংলুগে নিংলিবা কর্ম অদুগা মতা অমা য়ম্না চানবা মুমিৎ থোক্লম্ল। চংকদৌবা মুমিৎ ফাইরেনগী মতাংনি পানরনি। হায়রিবা মুমিৎ অসি নকশিন্নক্রবদা ভগাসি মবুবোক্কীদা লাক্লুনা মকু, মনেম অমদি মবাই অদুম ঊনররে।

মচাক্না বৃন্দাবন চন্দ্রিইদা মবাই অদুবু নোংমা নোংমা ওইনরা মশুং অমা শিনবিদুনা লেক পরনবা হায়রুবে।

মবাই অদুম অদুনা 'ঐখোয় লৈরিবদবু' তাকপীবগা লাইননা তরাম তরাম যানিরে। মকুবোক কুন্দসিংনা পৈশাগী রা চললকপদা 'লুপা ওইনা ১০০ অমা লৈজরবে, অদুগা ফোংদোক ৭০ মুক চাপচ-রিবসিদগী হো খবা অমা তাইথেকশিবা খল্লম্বনি; অদুবু রাকচিং থা লেখ্রসিদা ময়দম্বনো এ দ্রি ইকুবেক্কী শেন লৈরবদি ননাই ঐ থবক্ফাওদং লুপা ৭০০ পিগে।' কবিগুম্বা খুদং চরোই-দৌবা লৈবগনা ঐখোয়গী মাম্ম রামসিংনা লুপা ৩৫০ কৈ, পৈশা রাংলগা লৌবা য়ানিদি নোংমা তকপীখি, মদুদগী লৌজগ খুমই।

'নও' মাম্ম রামসিংনা হায়রিবা শেংফং অদু শেন্দোই রাউনরা রাউদরা? করিগুম্বা য়াউরেইদবা লৈরবা, অদুগা মহাক্কী অথুবা চংনগদৌবা লৈরেইদৌবা ওইরবদি মহক্তু লৌবা যাই। ইবুঙোনা মতু চিংনবগুম তৌরগনা নবাই অদুম, ঐ লৈরি। ঐখোয় মবিনা খরা খরা পুথোক্লরবসু থোইদোক্লা অকাপ্পা ওইরোই। তোঁংগীদি

ঐখোয়গী মরুপ য়ামসিংদো য়াম্না কবা, নঙ'মাম্মগীসু অমত্তা ওইবা মরুপনি; অদুমকপু অতোপ্পা হায়বদু'দি থোকইদো। অদুনা হকুদি ঐখোয়রোমদগীনা ফগদরা খল্লি'

'ননাই ঐসু মদু খন্দুনা তং'দাংনা র হায়জরমদ্রি — ডাক্'প-ল্লিব অদুনা ফগদৌম'ল্লে'

'অদুদি, চৎকাদোবা মত্তা'নি য়াংগিডৈ থাজ পুমিংতা নবাইহন নক্রপা ঐ খিল্লক। অদুগা ইকুনা য়া অমত্তাগা হা'ন নিং'ই :— চৎকদৌবা সুমংকী নোংমা লৈরিডৈ ওসিদো, চেং চেংখ'ই অমত্তং হৌরগা শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা পানই। মদুদা ঐঙ. য়ামজৌনা অচল অহুম মুল্লিংগ ফংহনসি। মখেল-মকেই প য়া'য় য়ামহনসি। নীখাহাওয়ানগী পোৎ চৈ চেং চাক্ লোইনা পুরকনি। ইকুনা হা'য়রিবসে নখোয়গী লৈক্তে চায়বগী নত্তে — ঐনা কচ্চিংদুনা তৌবনি।

অদুগনে ইবুঙো! য়া অমগ' লৈরি, তৌববু দি ইকন্ত য়াউগদৌ মরেরে, অদুনকপু কাউদনবা ম'নিখিংহৌগে— উৎসব সুমং অদুদা নঙ' ম'ম্ম বাবাজীগী ভেক গুরুনা লুপ ৩, ৪ দং কৎহৌ'স মদুনা বাবাজীগী কন্ম সুমিংতা কৃষ্ণদা লুপ' অমত্তং কংপিনবা,— মদু য়া'ম্না ক'উগল্লি। খাজরিবা ঐখোয়গীদি ওজা-গুরু হা'য়বসি থ দোকপা য়াদে। ওজা গুরু নত্তনা মীওইবা ঐখোয়গী লম্বী তাকপীনবা লৈত্তে।'

'য়া অসি তাবদা ভাগ্যসিং মতু ক্ষ্যাও চুংই। মহাকী মামিংতা পারপ্পা পিগী ঈচেল অমনা কুপ্পকহ। মহাক্না অঙাং ওইরিডৌদা জিতেনগী ওজানা মহাকী মথুৎ পায়তনা অ-আ নচিবা ময়েক ইবা তম্বিখিবা, ওজা অদুনা মহাকপু লুপ্পা চাম্না তৌবিরম্বা নিংশিংউবদা।'

মতাং অসিদা মাধবী খোরক্লুনা 'ইবুঙ্গো! ইনেম য়া অমতা নিংশিংহৌগে— হন্দক ইবুঙ্গোনা বৃন্দাবন ফংউগদৌরিবসে ইনেমগী পুকনীংদা য়ম্না সুংঙাইথরে। করিগীনো চংখবদা নঙ'মাম্মী ফুন্দো অমুম য়ান্দুনা লৈবদো সুংঙাইতেদো, অদুই মথক্তা মহাক মশাদো ঈশ্বরদা ভক্তি রতি লৈজবা মীনিদো, অদুনা তীর্থদা কর্ম্ম অমু ফংলুবা য়াম্না ফথরে। অদুগনে ইনেমনা হায়নিংবা য়া অমনা, মতা চরিত্রদা হায়বদি কর্ম্ম অমু ফংপা লোইরগা শক্তোম মন অমতং গোপেশ্বর ইবুঙ্গোদা ভক্তি তৌনা 'ধারা অমত্ত ফংজগে' হায়রহুনা হৈরম্মু। মহু হৈরবদি ধার ফংহৌ হায়রৈ।

হন্দকী মহাদেব ইবুঙ্গোদা হৈরম্লবা শক্তোমগী শেল অসিদদি ইনেম কচ্চগে, ইবুঙ্গোগী পুকনীংদা করি চিংনবা লৈবগে? হন্দকী থবক অসিদদি চিনবা শরুক্তি থম্বা য়াদ্রে—করিনা, ঈশ্বরদা অনিংবা অমা থুংজগে, হায়বগীদমক্তা কচ্চগদৌবা শইবনা।' মনেমগী য়াদা "ননাই এহাক করি অমত্তা চিংনবা শরুক লৈজদে। এনা হন্দক চচ্চগদৌরিবা অসিদা তাকপিরিবা য়াকম অমু কনাগুম্বা অহল অমনা তাকপীবদগী মহুমম্ভ য়াউনা পাংথোকচরুগে, চচ্চবনি।" থুম্লকপদা মনেম্মা মপুবনীং সুংঙাইবগা লোইননা লুপা ৫০ পুথোক্লুনা পিরে। তাগ্যসিংনা থুকমহুনা লুপা অদু কীপাও শানা তক্লুনা লোরে। মহাক মথম্লাই সুংঙাইনা মকু-মনেম থুকম্লগা হম্বমদা মলক্লে।

১৫

হয়েং উৎসব কৎকনি। উৎসব কৎপা লোয়রগা বৃন্দাবনগী যাত্রা ইম্ফাল ওয়া লাকনি। হৌংচিৎ ইম্ফালদগী বৃন্দাবন পরিক্রমা ওইগনি। ভাগ্যসিং লম-তু শেংলি। মকুবোক্কা শলপাড়ীদা উৎসবকী মপোৎ-মচৈ পুম্নমক হাপ্তুনা অতোপ্পা মী অমবু গাড়ী থৌহন্দুনা পুরক্লি। পাড়া অদু থৌজিন্নকুনা শুমাংদা থাররে।

ভাগ্যসিং মখুৎ হাংদোকুনা মকুবোকপু তক্তি কৎলগা পোৎ, চৈ'শিং অদু থৌরকইবা নিপা অদুগা লো'ইননা মাঙ্গোন্দা হোন-জিনমিন্নরে। পাড়ীরালা পাড়ী থৌদোক্লনা হনখ্রে। মকুবোক কুন্দসিং মাঙ্গোন্দা ফমদুনা হিদাক থকলি। তমুবী লাইগীগা খামজীগীগা নিমন্ত্রণ কৎলুরগা হন্নকুনা মাঙ্গোন্দা ফন্নরে। মহাক্কা 'নকুইবৃন্ডোঙাগীগা নবাই অহমগগী দি চিথরি—নংনা ওহাক্কং চেন্নুগত্রা' হায়রকপদা কুন্দসিংনা 'ঐখোরগী থবক্তা ঐখোয়বু ক'রিগী ... ... ইপাইচা ঐখে'য়দি ওস্তা'না য়োৎক্লবনি' খুম্নকই। তমুবীনা 'অদু ওইরবমু তৌহৈদে' হায়রবদা ভাগ্যসিং চৎনবা থৌরাং তৌই। মদু উবদা কুন্দ'সিংনা 'চলুরমু, ঐ ফমদুনা লৈরে— ঐঙোন্দা পুম্না হেক্কা খুরুম্মরো' তাকপীরবদা ভাগ্যসিংনা মকুবোক্তা পুম্না খুরুমজরে।

মতাং অসিদা লতানা 'ইনাগী দ ঐ খুরুমজরগে' হায়দুনা মপাদা হেক খুরুমই।

মপানা 'নহাক্তি নমাদমক মুংশিবোইরে' হেক হায়রকই। বা অদুদা ময়াম বা নোকই। নোকপা লোয়রগা লতানা "ইমাবুদি ইপন পম্নরক্তবদুদা ...।" খুম্মকই।

তমুবীনা হোয়নে, চুমইনে,— ঐখোয়গী ইত্তাবুদি কনা অমত্তনা ইপন-পল্লখিদ্রে ··· মাগী বানা ইচুং চুমখ্রে' হায়দুনা ময়াম বা বা নোক্লরে।

কুন্দনিংনা 'ঙরে ইচানা বস্ত চুম্লবনিনা, ইচানা তানবা হিদাক ভাম্বক অমা থক্লগা ইপাস্থ হনখ্রগে।' হায়রকপদা লভানা হিদাক হ'ল্লুত্তনা লানশিল্লরে।

কুন্দসি হিদাক অহু থক্লগা ময়ুম হনখরে। মকুবে'ক্লা পুরকইবা মপোং-মচৈশ অহুনা লেম-পাংনা ওক্কদৌনা লৈরবস্থ তমুবীগী পুক-মীংদা মন-মশিং অনৌ-অপেন থরদংদি লাইদা কৎপদা য়াওনিংই। অহুনা মুমিদাংবা'ই ওইরক্লবদা মহাক অনৌ-অপেন থরদ' লৈবা কৈথেন অমা বীদা থোরকই। কৈথেল অ'স খুঞ্জা মরি মভাগী ওইবা কৈংথল মচানি।

মহাক মনা মশিং অনৌ অপেল থরদং লৈরগা হল্লক্লে। মহাক্লা ময়ুম য়ৌরকপদা সন্ধ্যা ওইরে। লভা ধুপ থাংমৈ কংজুনা লৈরমই। তমুবীস্থ মখোঙ মথুং হামজুনা মচিন ময়া তোংলগা ফীশেং হোংজুনা বুন্দা খুক্লল্লুরে। মতু'দা মহাক লিক পা'য়জুনা নাং শোনখবে। মহাক্লা লিক চৎপা লোয়-রকপদা লভানা হিদাক হান্দুনা লানশিল্লি। তমুবী হিদাক থকজুনা ভাগ্য সিংগা য়ায়া শানজুনা লৈ'খ্রি। তালক অসিদা লভা চাক

খোংলি। চাক লোয়রক্লবদা তমুবী, ভাগ্যসিং চংঙকতুনা তর'চাক চায়রে লত্ত'স্থ অয়াং অপ হংলম্লগা মচ'ম্নুপীগ লোইনবা গামিম্লরে। মখোয় পুম্নমক চাক তেক্লগা মাগী মাগী লোইশিন্নমকম খোকপা মখো পাংথে ক্লরম্লগা মখোও মথুং হানজিনা মাগী মাগী য়াহিপকমদা পোথানখরে।

অহিং অসি হৌখরে। নোং ভ'রে। উংসব কংলে। উংসব ফংবা লোয়রগা তমুবীনা ভেক গুরুদ, লুপা ও কংশিল্লে। মতুংদা মম্বঃসর মুমিংতা লুক অহুমদং কংপিনবা হঙ্গংলে। মুমিং অতুদা চেং হরাই মনা মশিং খরস্থ পুজরকথিনি, নিংশংলে। ভাগ্যসিংনা ঐগা অমদি অহল লম্মন পুম্নমকপু থুকমজরে। ময়াম্না মহাকপু অশোই অভাম য়াংদনা শ্রীধাম ক উরগা খোরকতুনা লাইগুরুগী সেবা মতম শাংনা ফংবা ওইয়' বর লিপন'বরে।

মতাং অসিদা তমুদী মপুরোইববু নিশি উবদা য়াথন অমঃ পোক্লক-তুং। তেথাক্তুনা কংলকই। মানা কপলকপদগীদি ভ'গ্যসিংস্ত মাই মাম্ম বাবাজী কৌছুনা ভেংথারোন কয়'গা লোইনবা ওঃ খোংনা কপ্লক্লে। মত্তৌ অস্থম্না ময়াম পংকপ কপ্পরবা মতুংদা অহল-লম্মন পুম্নমক হম্নখরে।

ভাগ্যসিংস্থ হয়েং অয়ুক ইম্ফালদগী তিথা প্সরগী গাড়ী তোংগদবা ওইবনা মখোঙ মথুং হামদোকলুবগা মফৌ মরোন শেংতুনা হ'মনা য়োমছুনা থম্লবা পোংরোম থাংদাকতুনা থমলে। পুংফম য়ে হুমা মনে, মকু, মনেম্মচিংবা থুরমমগা যাত্রা ভৌথোকতুনা লৈরে। মতম ওইরক্লবদা সিতিগস থাকম ত'গা থোয়কতুনা লৈমরে। খোঙবু

মরামশু থোক্লরকতুনা মফম অদুদা পুল্লে। খোঙবু অ'সদা লুপ্র'বী, মচ নিপা চহি ॥ রোম শুরবা অমগ লোইনবা অমা য়াওরি। বস য়ৌরকতুনা থ ফমদা থাররে। ভোংগদোবা পুম্নমক তেংথংনহুনা মাগী মাগী ফমফমদা ফম্নরবদা বস অহু ইম্ফ'ল ত'ম্না হাইপংলক্লে। গাডীদা ফম্বা মতমদা লুপ্র বী শহুগী মচা'নপা মতাং অনুশা চেক থ'ননা ভ'গ্যাসিং ফমলুরে। অতাং অহু মতৌ লৈ, মশুগ চে'ঙ্গ, মপুক তপন্ত। মচা'নপা লৈক্লদব ভ'গ্যসি না নিপামচা অভাং অহুবু য়'ম্না শ্ব'শিনা য়েং'ই। অতাং অহুনস্থ ভাগ্য'সি'বু বোংদে। মতৌ অদুদা ভ'গ্যনা থু'ইরম্বন যাংদা কোয়না মতা-তরুক লৈরগা অভাং অহুদা অ'নি পাম্রহল্লি অতৈনা ফুরিংথ'ওদ হ'প'চিল্লি। খোঙ-বুশিং অহু ৈগথেম্বগী মচা অমক থবা লৈরগা থঙনবা বামণ অমগী মাশুপহ' অহিং অহু লেপ্লরে। মথায় পুম্নমক য়'গৌ ভন্না হৌগৎতুনা চাক-ঈশিং থেংহুন। চ'রগা গাড়ী তো ফম ভাম্বা ল'ক্লে। মতম ওইরক্লুনা গ'ডী তো থংলরে। মী শুরবদা গাড়ী অহু ডিম'পুর যাত্রা তৌরক্লে ডিমাপুর য়ৌরে। মফম হুংগী রেলগ'ড়ী তেং থৎলে। রেল অহু অহিং নোংশোইবা থৌরকপনা লমদিং য়ৌরক্লে। মফম অহু য়ৌবদা লুপ্রা'বী অহুনা মচানিপা মণিবু ভাগ্যাসিদা অমুক্তা পখিম্ন হাম্নরকই। ভাগ্যম্ন হয়াও হয়াওনা মাণবু লোই। মণিগী মমাগী মমিং 'মুমিং' কৌই। ভাগ্যাসিংদগী মহাক্না চহি অমা'ম্লোম ফল্লি। মতাং অসি মুমিং মাঙনীংবা থাঙবদা হুংগং অনম্না কাংলে। মচাক্তি রেল গাড়ীদা মাংফম লৈ হায়বা থুংদবনা অমদি হায়দোক-কদৌবসু ইকাইবগুম তৌবনা পংথাঙদা থাঙলকপনি হৌ'জিক্তি

মহাক অমুক থাওবা ওম্বগী ফিভম ওইরক্কবনা ইকাই-ইকি য়াংমা লান্দুনা ভাগ্যসিদা মরোল অহু ফোংদোরক্লে। ভাগ্যস্থ মথোং কন্না খঙদবদগী ফমিন্নবাশিংদা কোইহং হংবদ। রেলদা মাংকম য়াওরিবহু খুদোম্বীনা থিন্দুনা ভাক্লক্লে। খুদক অহুদা ভাগ্যন। অঙাং অহু পোশিন্নগা মুমিংপু মমুং চংফম অহু ভম্ন। পুশিন্দুনা থেং হাংদুনা চংহনখ্রগা থোং অহু থিংজিনবিরে।

পোদো মতা অসিদা থোডবু কাংবুগী মরক্তা কনাগুম্বনা ভাগ্যসিং অমদি মুমিং অনিগী মরক্তা অরোনবা মাড় অমা লৈনবগুম লোবা মীস্তস্থ য়াওরি। অহুম্বা মীস্তা অহুনা ফাগীগী মঙাংদা লৈচনগী মশক ওইবা ৱাভাস্থ থারকই। অবু অশোন অবা অমদি মতু শেনবা মীগী মফমদা অঙম্বা মভেং পীনবা মহাক্তী হৈনজবা, অপেনবা ওইবা, পুকচেল চাওবা ভাগ্যগী মফমদদি অহুম্বা লৈচিন অহু কালেনগী লৈচিন ওনথিহুনা, কালেন মুংশানা মনা মভেন খুইথরবা উ য়া উবি য়াদি-শিংগী অমদি লংফৈ চৎপাশিংগী উরুম লাংহনব পিবা অহুগুন্না অহুম্মক মথোকখি!

মহাক মথোঙ হায়লুরগা থোরকহুনা ফমলরে। মতাং অসি মহাক চোকথথিবনা মচানিপা অঙাংবু লৌশিন্দুনা পম্বা ওম্বগী ফিভম ওইদ্রে। মভো অসি উবদা থেঙবুগী মরক্তগী মিহুন থহুন থরা থরা খঙবা অমুক্তাও হৌগৎলকহুনা মুমিংপু মিহুন থাহুন য়েংলরে। মিহুন য়েংলগা ফমিন্নবাশিংগী মফমদা মুমিংপু ভিথোকহুং। হিপথবা য়ানবা ভৌবিয় হায়জরে। মৈতৈ মথৈ হৌগৎহুনা লেপ্পা অমদি য়াারবা মথৈ থৈজিন্নহুনা মশা ওমদ্রিবা অহুগী হিপথবা য়ানবা শেন্নে। মুমিং হিপথরে। অমুক্তাওনা থোইদো পায়রহুনা মিহুন ফাহুনা লান্নরে।

অসুম্না লাকপন। গৌহাটি য়ৌরে। ময়াম্না গৌহাটিগী রাজ-বাড়ী হায়রগা খঙনবা মৈতৈ খরগী খুন্দা। মুমিংপু লাইকয়খি স, ময়ামস্থ চাক ঈশিং চাখিংস খয়হুনা যাত্রীক কাংবু মনিপুরী বস্তি তাম্না চংলক্লে। থুংলবা মতমদা মক্ম অহুদা লৈরম্বা মৈতৈ ইচিন ইনাওশিংনা তরাম তরাম ওকতুনা যাত্রীকশিং অহুগী মুংঙাইনবা সেবা তৌরে! মশা ঙমত্রিবা মুমিংপুস্থ রাজবাড়ীদা লৈবা মৈতৈ কম্পাউ-ণ্ডার অমনা চাবা তুমদবদগী ডাইরিয়া তৌবনি খঙলহুনা লাইনা অহুগী চপচাবা হিদাক লাংথক থাহুনা লাইয়েংবদগী মশা খরা মুং-ঙাইরে। খরদি করে হায়ববু মুমিং অহুগী রেলগী মতম অমদা খোঙখানবা যাবগী ফিতঘদি ওইদ্রে। মরম অহুনা পম্বা তাহুনা নোংমা অহুমা পম্বরে। নোংঙাম্নবদা কম্পাউণ্ডার লাকতুনা য়েংলগা অনাবী অহুনু মুগ থোংবগা চাক পেৎতক তৌবগা পিজরে। ময়ামস্থ চাক ঈশিং চারগা খোঙফম অমা য়েংহুনা লাকপনা নিনি শুবদা নবদ্বীপ য়ংনর। নবদ্বীপতা মুমিং নিনি বাস তৌহুনা গঙ্গ স্নান, নবদ্বীপচন্দ্র, অদ্বৈপ্রভুনচিংবা লাইকমশিং দর্শণ তৌরমলগা বৃন্দাবন তমলক্লে শ্রীধাম বৃন্দাবন কালে। বৃন্দাবনদা মুমিং তরেংনি চুপ্না বাস তৌতনা দর্শণ, স্নাননচিংবা লোয়রগা নিপাম্নিশুবা মুমিংগী মণি-পুররোমদা মাই ওক্লক্লে। মুমিং বৃন্দাবনদগী হৌনা মশা ঙমক্কাহুনা লাকপনা গৌহাটি ষ্টেসন য়ৌবদ। মহাক রেলদগী কুমথবা ঙমদ্রে। মতাং অসিদা মুমিংনা ভ.গ্যাসিদা মহাকপু রেলদগী থাংথবিনবা হায়জবগা লোয়রনা মচানিপা অঙাংবুস পোবনবা হায়জরকই। ভ:গ্যাসিনা হয়াও হয়াওনা অঙাং অহু মনযদা পোখংলগা মমা অনাবীবু রেল-

কপী ময়ামগী মতেং লৌদুনা থাংথরগা মতা চাবা মফম অমা য়েংদুনা
পোথাহল্লে। ময়ামসু মফম অদুদা চংশিল্লকুনা তিল্লরে। থোঙবু
ময়াম শুরবদা বম্ কম্ তোবা, থররক্লে। মুমিংতি ভাগ্যসিংগী
মমমদা লৈরিবা মচাবু য়েংলগা মপি তরং তরং চেন্দুনা লৈরি!
ময়ামনা মুমিংকী ফিভম উবদা মহৎকপু মফম অদুদগী রাজবাড়ী তাম্না
পুথিনদা তাদুনা পুশিল্লক্লে। মফম অদুগী মতম অদুদা লৈরম্বা অহল
লম্মল পুম্নমক্না হঙ্গনা থুংলম্বা কাংবুনা শ্রীধামদগী হন্দোকরকদুন অমুক
চংলকপা উবদা হয়াওবগা লোইননা তরাম তরাম শক্লরে।

হন্দক্তি রাজবাড়ীগী ঠাকুর সেবা তৌরিবা ঐঙ্গা হম্বা'লগী তাম্না
চংঙকপ ওইবমা ভাগ্যসিংনা মুমংপু হিক্স্ন'দগী থাংথরগা শরোই মচি
অদদা কম্বল থাদুনা মমা মচা হিপতুনা পোংথ'হল্লে। যাত্রীকশিং
অদুনা মানা মানা পুরকপা তীর্থবস্তু থরা থরা থাইদোকতুনা অহল
লম্মল খুদিংদা য়েল্লে। লাইগী প্রসাদনচিংবা তীর্থবস্তু ফংবদা মুংডাই-
বগী ঔষধ অমা কাক্লবা হন্থনরকপদ মমা মচাবু ময়ামনা পুমকোই
কোইররে। মফম অদুগী ওজা অমুদান চংঙকতুন খুদা-মিহুন পায়-
দুনা য়েংবদা চিংনরপ তৌবা তাব অমা ফংদুনা 'হিবেস্মসি হোংদাক
হোংজিন তৌরোইদবা মফম অংদা য়াহিপকম চানা শেমদুনা থমসি'
তাকপীরক্লে। মা অদুগী মতু'ইম্না মফম চাবদা কম থাদুনা কাংথম-
চিংবা থম্লগা অনাবী অদু হিপহল্লে। ওজা অদুনা অমুক হন্না মিহুন
থাঙন কুম্বা য়েংলে। মামা থডজবা শরক্তদ অনাবী অদুগী মিহুম
মরোল অদু থম্না দুনা পোক্লবদা মহাক খোমকতুনা ময়ামদা চুমিম্না
মাপী পোং অদু কোংদোক্লবে। মাইথগী মা তাম্না মফম অদুগী

অহনা লম্মনশিংনা, মত্তাং অসি য়োরবদি মৈতৈ ঐখোয়গী হৌনবী অনাবগী সেবা সুগাইনবা, নারিবা ইবেম্মা অনিমা মচাকপু মম্মামনা লুনা তৌবদা থবনা অমদি করিগুম্বা ফত্ত-পুং থোক্লবনু অফবা লম্বীদা চৎখিনবা মরাম চংদুনা হোৎনবম থোকই লেপ্পরে! অসুমনা থম্নরিবৈ তাঞ্জাদা কম্পাউণ্ডার বাবু থবক চৎলুবদগী হন্দিলকপদা মরাম তিম্নবা উদুনা হেক চংলকই। মাবু উবদা যাত্রীক মগ্রাম অহুনা— "বাবু! ঐখোয় বৃন্দাবন য়োঙ্করে, 'বাবুগী' হায়দুনা তীর্থবস্ত পুথোকতুনা পিরে। কম্পাউণ্ডার মণিস্ন লাইগী প্রসাদ অহু লৌরগনি কমলে। ওঙা অমুদোম্না 'মণিবাবু! মশা ওমদবা ইবেম্মা অমা য় ওরে, অমুক্তা য়েংবিরম্মু" হায়রবদা মণিবাবু অনাবগী নাক্তা চংলক্লে। মণিবাবুবু উবদা পুমিং মনিত্তা মপি ভরং ভরং চেন্দুনা মথুং লোম্বংদুনা ভক্তি উৎলকই। মহু উবদা মণিবাবুসু থাংবা ওম্ববদগী মণি শিম্বরকই। অনাবা অহু পুকংথিবা মাই থন্দুনা মপি অহু থুনা তৈথোক্লগা "ইবেম্মা, নহানমুকসু ইবুংনা হিদাক লাংথক তৌবগা ফত্তুনা শ্রীধাম য়োকই। হন্দকসু হিদাক লাংথক থারবা মরাইনা ফত্তলি, করিস্নু চিমকনু" হায়রগা মিহুন থাহুন য়েংলে। মণিবাবু কম্পাউণ্ডর ওইরবস্নু মতম কুইনা অনাবা কয়া থেংনরক্লবা এক্সপিরিএন্স লৈরবা অমা ওইবনা অনাবগী লাইওং অমদি ফিভম ভাব তারে।

'করিস্নু থোইদোকপা তৌরোই' হায়রম্নগা মহাক থোরক্লম্না মম্মামদা মাগী মোৎ কোংদোক্লরে।

মাগী মোৎতি :— 'অনাবা অসি মথোক লোয়হুনা লৈরে — হন্দক্তি ফত্তকপগী আশা লৈরে' অসনি।

মণিবাবুগী মে'ৎকা ওজা অমুদোনগী মোৎকা মোৎ অনি থাম্নরবদা মৈতৈ জাতিগী হৌনবী খোৱাং লোয়দুনা থংলে।

মতুংদা ময়াম অমুক খণ্নরকই— নারিবা ইবেম্মা অসিগী কিরা পুবিনবা কনা য়াওরি, মহ'ক্না পাম্বা মোৎ ক'র ওইরিগবা হায়রব'স ঐ'থা'য়না করম লেপ্নসিগে!' অসুম্ন' খণ্নরকপা মত'ং অসিদা মকম অদুগী অহল অমনা বেশ ওনবগী ভাব হৌদোরকই। য'ত্রীক থো'ঙবু পুম্ন'ক্না 'মতু'দ য়াম্না ফৈ—মশানসু মতুদা তাই'। অদুগা মহাক কল্লিতৈদগীসু মতুগী আশাদা লৈরকই; আপম্বা মতুমক্না চি'ত্তনা পুত্র'বা মহাক্না মচানিপা অগাং অসিনা লোইনদুনা বৃন্দাবন ফ উরিবা অসিনি' হায়রবদা আখড়া অতুগী ঐজ্ঞা থম্বালগা তাম্নদুনা বেশ ল'ংদুনা ভেক কৎতুনা থমলে। ভেক কৎপা মমিংতগী ঐজ্ঞা অ'সনা মুতিগী রস পঞ্চাধ্যায় পাঠ তৌদুনা তাহল্লি। অসুম্না লৈরকপা মতম্রি শুবদা অনাবা অতু ক্ষিবম অমা চোংশক্লে। মতাং অসিদগী'দি মুচিং মচানিপা মাণবু 'ইবুঙেঙা ইবুঙেঙ' কৌরকপগা লোইননা হ'ইবা চৌংক্লে। মতৌ অ'স উবদা ভাগা'সি' অমদি তিম্নিবা মী পুম্নমক ও খোংবা কপ্নরক্লে। ভচাক কপ্নরুবগা অনাবগী রাথন্দা অমুক তুমিম্না লৈরে।

'অঙকপনি, মমানা মচ'বু মুংশিনা প্রেম!' অসি মীনা রাঙ্গবা ফিভম অসিবা মচাবু কৌদুনা অমুত ইল্লমগে থিরকই। মতম অসিদা ভাগা'সি' অঙাং অতু পেদুনা অমাবগী খুগা ওইরপ্না লেপ্লি।

মরাম্না মমা মচা অমুক্তা উনহন্সি হায়রকপদা ভাগ্য'সিংনা অঙাং অতু তপ্না থারপা মমাগী ন'ক্তা থংই। অঙাং অদুনা 'ই!' কৌরগা অমুত খোম্নাং অতু চুপই। অমুত ফ'ত্রবদা অঙাং অদুন' ওইনদুনা

মমাদা নৈরকপা চৈনাখোল অহু পুবা গুরুজত্রবী মমা ওইখিবনা মচাবু "মণি ইমাগী মণি, নৈহৌরোকো !"—হায়দুনা মখিংতা মপি তরং তরং চেম্ন ভাগ্যসিরোমদা চিংনা য়েংলকই। কিন্তু অহু উবদা ভাগ্যশিংনা অত্তাং অহু কৌখংলে।

মতাং অসিদা মচাবু বিদায় তৌরবনিনা ভেক পি'গা য়ারে লেপ্ল-হুনা ভেক পিরে। ভেক ফংলবা মতু' পুংমুক নৈরগা বৈষ্ণবী মুর্তিং বৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখরে।

সংস্কার লৈ'ইরে। 'না' তা'ল্লে। অমুক অত্তুদা যাত্রীক কাংবুনা মণিপুরী বস্তুগী অহল-লম্মল'শিংগী মফমদা নৈখিত্রিবা বৈষ্ণবী অ'সগী অস্থি অসিদি শেদোক্কনা পুথিবা য়াদনিনা হয়েং অসি অস্থি অসিতং শেদো'ক্লগা এখোয় মণিপুরবোমদা খোঙশা'ম্নবা তৌজগে" হা'য়জরমক।

র অত্তুদা ময়াম অতুনা "অস্থিসঞ্চয় অসি অথুবা অমা ওইনা লোকপনা ভসিমক লৌথংনবা হে'ৎনগনি, এথেয় অসুক য়া'ম্না নৈরি-মৈতৈ এ:থা'বগী চংনরকপা কা'মবা য়া'দে" হায়বহুনা থবক পুম্নমক শেম শা'বা লা'বা লো'ইখরে অস্থি লৌথংলে। মুমিং অসিদা যাত্রীক কা'বু মসুনা লুপা থরা থরা থা'ইনহুনা লুপা ৫০০ ভেক গুরুদা কংশিল্লে—মথুন চিউড়া উৎসব মুমিন্না শ্রীকৃষ্ণদা লুক্ থরদং কংপিনবা।

মতুং অসিদা তিলম্না মীগায় অহুন বৈষ্ণবীনা থনমদিবা অত্তাং অহুগী মরমদা অস্থম মারী শানরকপদ যাত্রীক কাংবুগী মরক্তা অহল অমা অনিনা এ:থা'য়না বৃন্দাবনগীদমক্তা মণিপুরদগী খোঙশাল্লকপা

সুমিত্তগী ওসি কাওবদা অহাং অসিগী মরমদা রাবকপা অমসুং অতাং অসিবু মচামককুম লুনা তৌরকপদি ইবুঙ্গো ভাগ্যসিংনি। অসিগী মথক্তা বৈষ্ণবী অতনা মহাক্কী পুন্সি-পোলোয় নকদা মচাবু 'ইমাগী মণি লৈহৌরোকে।' হায়রগা ভাগ্যসি দা চিংনা য়েংলমইবা অহুগী অপম্বু অতাং অসি ইবুঙ্গোদা শিন্নরম্বা ওইবা তাই।

মরম অসিনা অতাং অসি মহাক্কা কাক্ষম থোকই। মসিদা ইবুঙ্গোগী মোংনা কপ্পি লৈবা হাবনত্তু তানিংই' হায়রকই।

মতাং অসিনা ভাগ্যসিং অতাং অচু পোক্নবা ময়ামগী মনাক্তা লেপ্পি। মহাক্কা অতাং অচুগা লোইননা ময়ামগী মফমদা ভক্তি তৌনা থুরুমলগা অতাং অচু মহাক্কী মচা ওইনা লৌজরে।

সুমিৎ অসি হৌখিত্নবা নোং ভাল্লবদা যত্রীক কাংবু মকম অহুগী অকল লম্মন পুম্নমক্তগী বিদায় লৌত্নবা মণিপুর ডমংক্রে। নিনিগুবগী সুমিদা'রাইদ' ইম্ফালদা থুংলরে। ইম্ফালদগী বস তোংত্নবা অমুক লাকপমা সুমিং তাবদা থুঙ্গং য়োরে। যত্রীক কাংবু মখোয় অমগা অমগা বিদায় তৌত্নবা মাগী মাগী যুম মযুমদা চংনখরে। ভাগ্যসিংসু অতাং অচু পোরগ। মথুং অঙ্গনদা পোংয়োম য়ান্দুনা মমুব তাম্না চংলক্লি। গুমাং য়োবদা লতাবু কৌখোক্লুনা ধূপ তক্লগা অতাং অচু লতাদা মমিংগা লপি তানা শিন্নরে। অতাং অমুগী মমিং হান্না 'মণি' কৌরম্বগী ব্রজবৃন্দাবন কংটুবদগী কংজবনি হায়ত্নবা 'ব্রজমণি' অমুক থোন্নে। হৌজিক্ত ভাগ্যসিং মতৈ মনাও ব্রজমণিবু কংজবদা ভুংডাইব ওমথৈ লৈত্রে।

( লোইরবা )

